# তীর্থ যাত্রা

এলাংবম নীলকান্ত



ভী আই পব্লিকেশন্স, ইম্ফাল

TIRTHA YATRA
A Collection of Manipuri Poems
By E. Nilakanta Singh
V. I. PUBLICATIONS, IMPHAL, 1985






অহানবা ফোঙবা : সেপটেম্বর ১৯৮৫
ফোঙবা : কুমারী থিয়াম সুমিতা দেবীনা
ভী, আই, পব্লিকেসন্স, ইম্ফালগীদমক্তা ফোঙবা

নম্বা : পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বজার, ইম্ফাল
মখুম য়েকপা : থোইদিংজম তোম্বী সিংহ

মমল : লুপা তরামঙা

মহাক্কী শৈরেংবু পাজরুবদগী
মতমগী কবিতাগী ঈহৌদা
ঐহাকপু লুপহনবীখিবা
চপচানা শক খঙলে হায়বদি
হায়জবা ওমদ্রিবা
নোংচুপকী কবি
টি, এস, এলিয়টকী মফমদা
কখোকচরি।

# তৌবীমল থওবা উৎচবা

শৈরেংগী লাইরিক অসি ফোঙজবদা শেলগী তেংবাঙ থরা পীবীরকপগীদমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীবু থাগৎচরি। আকাশবাণী, ইম্ফালদা পাথোকপ্রবা অমদি মণিপুরী চেফোঙশিংদা ফোঙপ্রবা অয়াম্বা শৈরেংশিংবু লাইরিক ওইনা ফোঙজবদা য়াবীরকপগীদমক আকাশবাণী ইম্ফালবু, মণিপুরী লোনগী চেফোঙ কয়াগী সম্পাদকশিংবু (মমিং ওইনা পনচন্দ্রবস্থু) থাগৎচরি অমসুং পুম্নমক্তা তৌবীমল থওবা উৎচরি। মথুম য়েকপীরগীদমক কলাকার শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহবু থাগৎচরি।

ইং কুমশিং ১৯৭১ দা ইহান হানবা ওইনা ঐহাক্কী কবিতাগী লাইরিক মচা অমা ফোঙজখি। মমিং থোনজখি— "চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি"।

হন্দক্কী অসিনা ঐহাক্কী শৈরেংগী লাইরিক অনিশুবনি। অয়াম্বদি আকাশবাণী, ইম্ফালদা পাথোকচপ্রবনি। সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা খরস্থ ফোঙজপ্রে। লাইরিক ওইনা থনম্বসিনা খরদং পাবদা নুংঙাইগদ্রা হায়দুনা তৌজবনি।

ঐহাক্কী শৈরেংগী পুন্সী অমস্থং মশক লেপচবা ওমদে। মতমগী কবিনি হায়বীনবা ইজবস্থ নত্তে। চহী খরসিগী মনুংদা ঐহাক্না অকোয়বদা— ইমা লমদম মণিপুরবু, ভারতপু য়েংজরুবদা অমস্থং তাইবং শেম্বা মপুগা তত্তনা নিংঙাই তৌনজবদা — থোরকপা থোঞ্জেলদি অমনি। মায়থুম উপ্পা পুন্সীগী তপ্লবা অশেংবা স্থর অমনি। পুক্নীংগী কীবম কয়াদগী থোকখিবনি— অম্নি অনৌ শোয়দনা য়াওগনি।

"তীর্থ যাত্রা" হায়বা মমিংসি কনাগুম্বনদি অরিবা মাপ্লে —হোংদোকপমা ফৈ ছায়বীবা য়াওই। অত্থবু ঐনা মঙজরিবা মঙগা নকশিন্নবা অমা ওইবনা মমিং অসিমকপু পামজরুবে।

ইম্ফাল

১৪।৮।৮৫

এলাংবম নীলকান্ত

## ডি, আই পব্লিকেসন্স

॥ ফোঙলবা লাইরিকশিং ॥

য়ুমলেম্বম ইবোমচা :

১। শম্রেম্বী থোরক্লো নহুম পোম্ভেন শাবীগে

(শৈরেংশিংগী খোমজিনবা লাইরিক ; ১৯৭১ লুঃ ২.৫০)

ইং ১৯৭৪ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা ফংব্রবা।

লমাবম বীরমণি :

২। পিক্লিক পিক্লিক

(ব্রারীমচাশিংগী খোমজিনবা লাইরিক ; ১৯৮০ লুঃ ১০.)

৩। চেক্লা পাইগ্রবদা

(ব্রারীমচাশিংগী খোমজিনবা লাইরিক ; ১৯৮১ লুঃ ১০.)

ইং ১৯৮৪ দা নেসনেল সাহিত্য একাদমী মনা ফংলবা।

থাংজম ইবোপিশক :

৪। নোরোক পাতান পৃথিবী

(শৈরেংশিংগী খোমজিনবা লাইরিক ; ১৯৮৫ লুঃ ১০.)

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ :

৫। তীর্থ যাত্রা

(শৈরেংশিংগী খোমজিনবা লাইরিক ; ১৯৮৫ লুঃ ১৫.)

নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ :

৬। মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মীৎয়েং অমা

(মণিপুরী সাহিত্য অমস্তুং থিয়েটরগী নৈনবা ব্রারেংশিং ; ১৯৮৫ লুঃ ৩০.)

---

মরী নৈনবা চে-চাংশিং পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল— ৭৯৫০০১ ঠিকানা অসিদা থাবিরকপা য়াগনি।

# হীরম লামায়

# অনৌবা মায়থোং

ঙসিগী জান্নুয়ারী ২১ দা
মণিপুর্
নহাক্কী অনৌবা শকফমনি।
মোমোন নোকপা মায়থোংনি।
মন্ত্রনা শেমখিবা মঙ লৈবাক্কি
তন্ত্রনা ফীজং খনগ্রবা
চাংবুরোই তম্বুরোই কয়াগী।
ধ্যান্দা উখিবা শকফমনি
থোংনাং থাবগী, লাঙ্গোললুখোইগী, কনকথেংগ্রাগী
থেংনখিবনি কবুইশলাং মাইবনা
য়েল্লকপনি মনম রাসমণ্ডলগী লৈনাশিংনা
শোনখিবনি কোলোই বাঁশীগী মখোন্দা।
অদুবু মণিপুর ঙসিদি
নহাক্কী অনৌবা শকফমনি॥
হাইদোকউ অমুকস্থ ইতিহাসকী লামায়
নহাকপু কন্নবা হোংনবদা
নচা লিশিং কয়াগী ঈগী বলিদান
বীরটিকেন্দ্রজিৎ, থাঙ্গালগী ফাঁসীগী সগাই
বীর পাউনাগী অরোইবা য়াহিপ
খোঙজোম তীর্থদা ঈগী তুরেল
শা মমাংদা তাখিবা অঙৌবা মকোক।

অদুবু মণিপুর ঙসিদি
অনৌবা নহাক্কী মায়থোংনি।
চংগ্রে নিংথৌ কয়া সনাগী দোলাইদা
মিংচংকী অথেনপোৎ পুরদুনা
ঙাম্থোকখি মরক মরক্তা
সনাগী অরংবা মশেক্তা
ফীরানগী চৈদোম্না অতিয়া তমলি।
চরাইরোংবা গরীবনিৱাজ চীংথংখোম্বা
গম্ভীর নরসিংহ নিংথৌরেন কয়া
হুকখি লুহুপ মকোক্তা
অয়ুক্কী নুমিৎকী মশেক্তা লোয়ননা।
অদুবু মণিপুর ঙসিদি
অনৌবা নহাক্কী শকফমনি॥
য়োরকখি ব্রিটিশ শক্তিগা লোয়ননা
শিবিখি নখোংদা মীনাইগী য়োহ্লিং
বন্দী ওইখি মণিপুর
লুম্লবা সভ্যতাগী পোৎলুম পুরদুনা।
য়োরক্লে স্বাধীনতা প্রজারাজ
নীংতম্বগী খোল্লাউনা শীনখি নোংপোক মায়গৈ
লায়রবা চুদৎনবগী মপাউখোল পুরদুনা
প্রজাগী শক্তি প্রজাগী জয়
অদুবু পেনখিদে সাসনগী মশক্তা
ইকাই ফীরুক খুমখি মমান্নবা মমাংদা।
অদুবু মণিপুর ঙসিদি
নহাক্কী অনৌবা শকফমনি।
ওইরে হুজিক্তি মপুং ফাবা ভারতকী রাজ্যা
হাংদোক্লে হৌজিক ইকাই মায়খুমফি

মণিপুর মণিপুর সনা লৈবাক মণিপুর
চীংগী তমগী মণিপুর
লেপ্লো চাউথোক্লা নঙক হাইগত্তুনা
মায়থীহল্লু কৌক্রু চীংগী চীংদোন্না।
নচা লাখ তরাগী
মঙনা শাগৎচরিবা মণিপুর
যোগী ঋষি কয়াগী
ধ্যানদা উবা মণিপুর
মহাভারতকী কল্লবা অর্জ্জুননা
মায়থীখিবা লম্দম মণিপুর
বিশ্ব মালেম লৈমগী
খোয়দৌগী মশক মণিপুর
ঙসিদি—
নহাক্কী অনৌবা শকফমনি।

ইম্ফাল
২৮।২।৭২

# মণিপুর ১৯৭৩

চহী ২৪ গী মমাংদা
রথযাত্রা মুমিৎকী নুংথিলদা
ইখি ঐহাক্না—
"ইমা মণিপুর নহাক্তি হন্দোক্লমলে হিদেনতাফমদা
হিংসাগী, স্বার্থগী, পার্টি পোলিটিক্সকী
শকুন্তলাগী নীংশিং খুদোপ।"
হৌখিবা চহীদস্থ হংজখি অঙাংগী খোঞ্জেলদা
"এম এল এ হুম্ফু, এম এল এ হুম্ফু
ঙমলগদ্রা নখোয়বু শোয়দনা?
ঙমলগদ্রা শেম্বা অনৌবা মণিপুর
নখোয়গী 'জয় মণিপুর' খোল্লাউনা?"
করি থোক্লে হৌজিক্তি
রাষ্ট্রপাতিগী শাসন অমুক লাক্লে।
হোংদেদকো ইমা নহাক্কী শকফম চহী ২৪ চুপ্পসি
হোংদেদকো নচাশিংগী থম্মোইসি
রাজনীতিগী ভুক্কচরবা মোৎলবা নমথীরবা শাজৎসি
ইমাবু নমথাক তৌবসি।
করি উপায় লৈরি হৌজিক্তি?
ইলেক্সন অমুক লাক্কনি অমুক ভোট থাদনগনি
শেমগনি অমুক আইন সভা মতুংদা অমুক কায়নগনি
কপকনি নচা লথা তরানা

খেক্না নোকনি মপানগা ভাবোক্না
হৌজিকপু করি উপায় লৈরিবগে ?
মুংশিজবনি ইমা লমদম মণিপুর
নহাকী সংস্কৃতি নহাকী থস্লোই
নহাকী নাচোমসে পীরবা মণ্ডপ লৈরবা
ভারত ইমাগী শমজীলা থেৎলিবা।
তৌজরক্লনি আশা অমতং
ঙখিবক্তা তৌখি কলাল অমতং
লাকখিদি অমুক্তংদি হুন্নিং অদো
ঙাইহৌরক্লকরি মতম অদুবু।
অদুবু পাইথোকদ্রে
লানিং থাজবাগী অতোপ্পম থাম্বা
মাঙশিল্লক্রে মরুভূমিগী
মায়া মরীচিকাগুম্বা,
শাপ ফংলবী অহিবক থীবী ইমা;
কদোইঙৈ লোকনি শকুন্তলা
দুর্ব্বাসাগী শাপতগী ?
কদোইঙৈ লাকনি মুংগলবী অহল্যা
নহাকী শ্রী রামচন্দ্রদু ?
কদোইঙৈ লাকনি নহাকী শক্তমদু
রাখিদ্রা ?
ভাবিবরা নহাকপু ভাবিবরা ?
তুমিন লৈগনু ইমা কপশিন্নহনা
ফীজিনা নমায় খুমজন্নহনা
ঙসিদি হায়দকা যাদ্রে অশোংবা অমত্তং
হায়যু ইমা—,
অমম্বা অহিংসি কোক্লনি

মণ্ডালগী খোঙচৎ হৌরনি
মঙলৈবাক্কী লমদমদা চৎলনি
অমুক্তদি হায়য়ু ইমা।
য়েংউনে লাইবক থীবী ইমা।
চৈরাউবত্থু কুমসিগী লাক্লে অমুক
নোক্লিনে নচাগী খুত্তা শংবাম্নবী কোম্বীরৈনা
চীং কারিনে নচা লিশিং কয়ানা
নিজরিবসে য়েংউ ইমাগী আশীর্ব্বাদ।
অমুক্তদি নোকপীয়ু ইমা
নানবীয়ু নচাশিংগী কোকসে নোঞ্জরিবা
বর পীবীয়ু মঙ্গল ওইহনবীয়ু
হাপ্পীয়ু থৌনা অনৌবা পাঙ্গল
চিংবীয়ু ইমা মণ্ডালগী লমদমদা
নচা লাখ তরাসি লম্মাংনরবা।
অসিমতংদা শোনবীয়ু নাপদা চীক্লা নচাগী
মণ্ডাল অথু লাক্লনি
মণ্ডাল অথু লাক্লনি।
তারিবরা ইমা নহাকপু নচানা লাউজরিবসে?
ইম্ফাল, এপ্রিল
১২, ১৯৭৩

# ওক্লে ইমা অমম্বগী মপৈসি

ওক্লে ইমা অমম্বগী মপৈশি
চিংনবগী নোং মপাক মপাকসি
নাইতোমগী অমুবা মৈখুশিংসি
গুকচরে ইমা গুকচরে।

চৎচবনি মীওইবদি অমম্বগী শুরুংদা
মঙালবু থিবগী খোঙচত্তা
অহুবু থেংনরে অমম্বগী মথংদা অমম্বা
অমম্বা মপৈ মপৈ।

হাংদোকচবনি অমম্বগী থোংলোন
মঙালবু থেংনগদ্রা হায়দুনা
অহুবু থেংনররে অমম্বগী পৌরোল পরেং
অমম্বগী মথংদা অমম্বা।

ওইরে হৌজিক্তি মীওইবসি যুগ অসিগী
রামগিরিগী যক্ষ লখা লখা
থাজরিবা মেঘদূত থরায় চাক্লা
শান্তিগী লমদমদা অলকাপুরীদা।

লোথোকপীরো ইমা অমম্বগী রাজমুকুট
নাপলগী সিংহাসন

বুদ্ধি লৈবা মীওইবগী
থম্মীরম্লো ইমা মিংকী পি।

হোংবীরো লিক্কোন ইমানা
শেৎপীরো লৈঙাং শঙবা
পায়জরগে চৈশু ভিক্ষাগী ঝুলিগা লোয়নন।
ওইজরগে তীর্থযাত্রী মঙালগী।

নম্মীরো লাইবক্তা শিন্দুর নচাশিংগী
নমহনবীরো শক্তিবুগী লৈহাও লৈনম
নাপদা চিনবীরো কোম্মীরৈ চরোং
লমজীংবীরো মঙালগী খোঙচত্তা।

চৎথরি মীওইবদি বিজ্ঞানগী খোঙচত্তা চাওখৎপগী
থুগায়বা শারি অমম্বগী বন্দীশং
থৌরবা বুদ্ধিগী শক্তিনা হিংচাবগী থৌনানা
লাইগী খুবম ফংননবা।

অতুবু চঙশিল্লক্লি অমম্বগী লমদমদা
প্রেমান পরেংনা লমজীংলহুনা
থাংজিল্লিবা খোংথাং খুদিংমক্কা মীওইবগী
অমম্বগী লোকনুংদা কুমথরক্লি।

অসিনা লাউজরি ঐহাক্না খোন্থাংশোন্না
মিংকী পিগা লোইনন।
লেপখো তীর্থ যাত্রীকশা! অমুক্তদি লেপখো
হন্দোক্লশি মঙালগী লমদমদা।

ইম্ফাল, এপ্রিল
১২, ১৯৭৪

## অকিবা

মঙালগী তীর্থযাত্রীক মীওইবনা
চঙশিল্লক্লবা অসুম অসুম অমম্বগী মফমদা
অদুদি কমদৌনি অদুদি কমদৌনি ?

মুক্তিগী লাম্মীশিংনা করিগুম্বা
শাগৎচরক্লবা মশাগী বন্দীশং
অদুদি কমদৌনি অদুদি কমদৌনি ?

ব্রহ্মামক্না পোকঙমদ্রবা অমৃতগী মচাশিংনা
ওইরক্লবা অসুম অসুম শারমচৎকী পুন্সী
অদুদি কমদৌনি অদুদি কমদৌনি ?

বুদ্ধিনা শাগৎচরিবা মীওইবগী দলানশিংনা
নীংথায়রক্লবা অসুম অসুম চিংনবগী য়ুহারাবদা
অদুদি কমদৌনি অদুদি কমদৌনি ?

অমম্বগী হিংচাবশিংগা লানথেংনরিবা মীওইবনা
ওইশিনথ্রবদি করিগুম্বা হিংচাবশিংগা অমত্তা
অদুদি কমদৌনি অদুদি কমদৌনি ?

ওইরম্লবদি করিগুম্বা মীওইবগী পুন্সীনা
মঙ, অদুগা মঙনা পুন্সী
অদুদি কমদৌনি অদুদি কমদৌনি ?

এপ্রিল ১২, ১৯৭৪,

## সিরোই লিলি

খুদোম্বী থিন্দুনা তাক্লি
লৈচীন্না কুপথ্রবা রাংলবা সিরোই চীংজাউ
শাৎকনি মসিদা চীংমায় থন্না
সিরোই লিলিনা
নেম নেমনা মকা ফন্না মচু কয়াগা তিন্ননা।
কল্পনা তৌরি—
অঙুবু চঙশিনবদি য়াদে লৈখোম মরকশিদা
সুমিৎ কয়ানিগী চীংলম্বীনি
হৌজিকমকস্তু শাৎপা মতম নত্তে।
শিরোই লিলি!
নহাকসি লৈ নত্তে— আশাগী পন্থুংফমনি।
দেবগিরি হিমালয়গী মানস সরোবরনি।
পুন্সীদা য়োঙমদবা
য়োনীংবগী শাথপনদি
রারবা পুন্সীদা তত্তনা খপ্লিবা
শাৎলিবা নহাক্তি শাত্তবনি
নহাক্তি লৈত্তবনি
তাইবংগী মঙনি।

সেপ্তেম্বর,
১/৮, ১৯৭৪

## বিউটি কনটেষ্ট

### ( শ্রীমতি ডনকানগা রাফংনবা )

উখ্রুলগী চীংগোন্দনি
চৎলি মাঙদা লৈরাংশিংনা মনম নমদ্রিবা
খুৎনা শোক্ত্রিবা
তনৌরবী লৈশাবীশিংগী পরেং পরেংনি
খোংথাংনি লেংঙম শাঙনদবা
অঙকপা লৈতেংনি হকচাংবু কুপলিবা
থোক্লি শাংলবা পিথ্রাইগী খুজি পরেংশিংগী মখোল
শ্রিং শ্রাং শ্রিং শ্রাং
য়েংজরি অহল লমন পাখংশিংনা
খোংদা খুত্তা হকচাংগী কায়াৎ পুম্নমক
মীয়েংনি থ্যান্দা লুপ্লবা
অজন্তা খজুরহাবু নীংশিংহনবা
লাইয়েকপশিংগী মঙলৈবাক্লি।
কল্পনা তৌবীয়ু—
হকচাংগী মথক্কী শরুক পূম্নমক হাঙগদবনি
লৈতেংতনা কূপশিনগদবনি।
অদুবু শ্রীমতি ডনকাননা উখ্রে—
বারবারিটিগী খুদম
খুমজিনহনখ্রে হকচাংবু অপাবা অঙৌবা ফুরিৎশিংনা
মুমিৎ অদুদা লোইরবনি

ভূগোয় অসিগী ফজবা।

শ্রীমতি ডনকান!

বারবারিক ওইরিবদি নগাক্লি

নহাক্কী নোংচুপকী সভ্যতাগী খূরবা মীৎয়েংদুনি।

নহাক্লা মাঙহনখ্রে

তাংখুল জাতিগী

পুন্সীদা লৈজরম্বা

তাঙলবা ফজবা উবগী মীকুপ থরা

ভূগৎনা ঙক্লগদৌবা!

চৎথগনি জাতি অসিনা

নম্বো পোরদুনা থাররোইদবা

যুগ কয়াসি

অথীবগী চাওখৎপগী অভিশাপ

শারদুনা

মথবায় য়াওদ্রবা জগোয় অসি॥

সেপ্তেম্বর
১৮, ১৯৭৫

## মঙাল

মিং উইশিন্দুনা ফমলি অতুগা থল্লি
মঙালগী অমম্বদা—
ৱাইহেনা করিগুম্বা ৱাইহেতা ওইরম্লবা
ৱাইহেগী তান্থাদা
অর্গনা জগোয় শারক্ত্রবা
খোঙথাং কায়রবী মেনকাগুম্না
অতুদি কমদোৗবা তাই?
চেন্থরক্লি মীওইবগী ৱাইহেনা
নায়েগ্রাগী ঈশিং চাইবীগুম্না
ৱাইহেগী মথংদা ৱাইহে
অতুবু ৱাইহেতনি অচুম্বদি প্ররক্তে।
লৈরি মঙালনা ৱাইহেগী পংথৈ ৱাংনদা।
ঙাইরি ৱাইহেনা খোৗরাংনা
থেংনগদ্রা করিগুম্বা মঙালগী জোয়ার কারকপদা।
হে মীওইবগী থাদোকপা ঙমদ্রবা ৱাইহে
হে ফংঙমদ্রবা সত্যগী মঙাল
নবানিগী তিম্নকম্নু কদাইদনো?
থাজরুই অম্নুক কুইবসি
পাইশিল্লি ৱাইহেনা মঙাল তম্না
মীওইবগী সাহিত্যনা
হাংদোক্লি নুমিৎকী মায়থুম

অদুবু চিংনবা পোক্লে—
মাঙদা লৈরি অচুম্বনা তুমিন্না বকুল পাম্বীগুম্না
অদুগা মীওইবগী ৱাহৈনা কেন্দুনা তারক্লি
শিংগারৈ লৈরাংগুম্না।
ৱাহৈগী নম্বো পোদুনা চৎলি মীওইবনা
ৱাখলগী চৈশুনা
আশাগা লোয়ননা
মঙালবু ফংজরবনি হায়দুনা।
অদুবু চঙশিল্লি অসুম অসুম
অমম্বগী লমদমদা
মঙালগা মায়োক্লনা
পোত্থাবা লৈতনা
মঙালবু ফংননবা
অমম্বগী লমদমদা
ৱাহৈগী শাখপতা।

১৯ জানু, ১৯৭৫

# বিনোবা ভাবে

নহাকপু নিংশিংলি তত্তনা
বাবা! নহাকী তপস্যা
চহি অমা মৌনব্রত তৌবা
করি অর্থনো ?
জগৎকী শান্তিদা পুন্সী কৎখোক্লবা নহাক্না
ৱাহৈগী ৱাংমদা চৎকে খৌরাংলিবরা ?
ৱাহৈনা য়েঁৌঙমন্ত্রবা অর্থদা
মোমোন মীনোক্লরবা
সত্যগী শকফমবু উৎকে খৌরাংবরা ?
নত্রগা
মীওইবগী ৱাহৈগী পংথৈ য়ৌরবরা ?
তুমিন লৈবগী ইংগীতনা
পুন্সীগী অর্থ থিরদুনা
ধ্যানগী মিৎফমদা
জগৎকী শান্তিবু থেংনরবরা ?
ৱাহৈগী শক্তিসি— হংবতনি।
নহাক্না পীরিবনা— পাউখুমনি।

জানুয়রী
২৯, ১৯৭৫

# শেখ মুজিবুরনা লৈখিদবদা

হে বঙ্গবন্ধু !

নহাকপু কাপ্পুনা হাংখ্রে তাবদা

পোত্থাকম শঙখিদে

মিৎকুপ্পুনা য়েংতুনা লৈখি

নিঙ্থৌ ব্রাংদা অহাংবা অতিয়াদা

লাক্লরোইদবা পাউখুমগীদমক।

শাগৎচখিবা বাংলাদেশনি নহাক্কী ঈ মরীক মরীক্কা

শেমজখিবা লৈবাক্কি মঙলৈবাক্কী শক্তমদা।

অদুবু করম্বা দাননো নহাক্কা ফংলিবসি

নহাক্কী বাংলা দেশতগী ?

হিংসাগী মৈরীদা চোংথোক্লকপা বাংলাদেশ

অমুকস্তু হিংসাগী যজ্ঞদা আহুতি কৎলিবরা

চোংশিল্লিববা সীতাগুম্বা মৈনুংদা ?

থোবকখিগদ্রা নহাকপু অমুক

অনৌবা কীজোন্দা পুন্সীগী ?

কবিনা হায়রমই—

পোক্লিবা অঙাংনা কপ্পদা নোকই তেংবানবনা

অদুবু অসিগুম্বা পুন্সী লেল্লু

তাইবং পানবনা কপতুনা লৈহৌনবা

চংখিবদা নহাক্না নোক্না নোক্না।

খঙদে ঐহাক্কি বঙ্গবন্ধু।

নোক্লমগদ্রা নহাকপু তশেংনা
মীহাৎপশিংগী নোংমৈ গুলি মরক্তা
নত্রগা কপ্লমগদ্রা থম্মোই শোক্লা
নহাক্লা শেমগৎচরকপা নরৈবাক্কীদমক।
নত্রগা অনৌবা মঙাল অমা
ফাওরমগদ্রা পুন্সীগী
নহাক্কী অরোইবা মীকুপ্পা।
মহ্লিংথোংগী ৱাংমদা শাৎলি আতরগুলাপনা
ঐহাক্লা য়েংহুনা লৈরি
অদুগা থিরি পুন্সীগী অর্থ।
অশিবনা পুন্সীগী অরোইবরা
নত্রগা অহৌবরা?
পুন্সী হায়বসিবু অহৌবা অরোইবা নাইবরা?
থোরক্লি ৱাখলগী ফীজং হাইদোক্তুনা
যিশু খৃষ্ট, লিনকন, মহাত্মা গান্ধী
অদুগা তুংদা শেখ মুজিবুর রহমন
হুংলকই ঐঙোন্দা নোক্লহুনা
ঐখোয়বু শক খঙলবরা?
মিৎ অসি খুমজিল্লি অদুগা লাউই
খঙদে খঙদে নখোয়বু খঙদে।
মাঙদা শাৎলি আতরগুলাপনা মকা ফম্না
ঐহাক্লা থিরি অচুম্বা
পুন্সীগী ৱাংমদা লৈরিবা পুন্সী।
অসিমদি শোয়দ্রে বঙ্গবন্ধু!
নহাক্লা চৎখিবদা
অমম্বগী ফীজং অমদি হাইথরক্লে
মালেম পৃথিবীদা॥
ইম্ফাল, ২৭।৮।৭৫

# ইরৈপাক

চহি কয়াসি লেঞ্জরকই কপ্প্লুনা
নুংশিরবা ইমা লমদমগীদমক
নোকই কপই চিন্তা তৌজৈ
হোংলকইবা খোঙথাংদা মণিপুরগী।
লুমখিদে মালেম পৃথীনা
বাংখিদে কোবৌ নোংমদোম্না।
অহুবু মণিপুর! নহাকসি
ঐহাক্কী অহৌবনি নত্তে অরোইবদি।
খঙজরক্লে অসুম অসুম
চহী কয়াগী মতুংদা
হৌগ্রবদা যুগ কয়া কয়া
ঐহাক অসি তীর্থ যাত্রীকনি—
মরুভূমি কয়া লাম্থোক্কুনা
খুত্তা চৈশু পায়রিবা
মঙালগী লমদমদা চঙশিল্লিবা।
ইমিং নৈতে
জাতি নৈতে
ইশক নাইদে
ঐহাক্তি চুম্নতগী মীওইবনি
অমৃতগী মচানি।
ইমা মণিপুর নহাকসি য়ারেকশঙনি

অহিং অমতংগী ঐহাক্কী
নোঙাল্লকপদা থাদোকখিবা তাই
পুন্সীগী পোৎয়োম থনমদুনা
হন্নমক্তা য়েংঙমদনা।
অদুবু ইমা! নানবীয়ু অমুক্তং
নচাগী কোকথক্তা পীবীয়ু আশীর্ব্বাদ
নচাগী লোইবা নাইররোইদবা খোঙচৎকীদমক
শক্তি হাপ্পীয়ু ইমা নচাদা
নাওকোনবীরবসু নহাক্লা
অহিং অমতংগী ওইনা।
অদুগা য়েংজগে অমুক্তং
বিদায়গী মীকুপ্তা
ইমাগী মায়থোংদু
পিরাংনা চোৎলিবা।

ইম্ফাল
২৭।৮।৭৫

# অশিবা

হে অশিবা! হে মৃত্যু
নহাকপু ভাইজরক্লিবনি পুন্সী চূপ্পসি
অমুক্তং চেংনা কোনশিনজগে হায়দুনা
করিগুম্বা নহাকপু শকখঙলবদি।
খঙজরবোই নীংলুই করিগুম্বা মীকুপ্তা
অদুবু ওইখি অমম্বা।
হোংনৈ লাউজগে— নহাকসে
অরোইবা নত্তে: অহৌবনি
পুন্সীগী শক্লোন অমনি
অদুবু হায়বা থোক্তে
ফাজিনখি লৈয়েংসি।
হায়নরি যোগী ঋষিশিংনা
নহাকসি মঙালগী শক্লোন অমনি
অমম্বগী মন্নুংদা লৈরিবা অঙানবনি
নহাক্তি নত্তে অরোইবা
পুন্সীগী।
করিগুম্বদা চংমিন্নজবা ঙম্নবা
খুংশমদুনা নহাক্না লেংগোম্নদুনা
খঙগনিদকো অর্থসি পুন্সীগী
নহাকপু শক খঙজবগা লোয়ননা।
অদুবু নহাকপু খঙবদি

নহাকপু জয়তৌবনি
নহাক্কী মায়থীবনি
অসিনা থৈদোক্তুনা চৎলি নহাক্কা মতম পুম্বদা।
শান্নরি নহাক্কা কেকু লোৎপী
ৱাখলগা মীওইবগী
নৈরি নহাক্কা ৱাখলগী ৱাংমদা
শক্কাইদবা লমদমদা
কৌরি খুংলাম তোয়না কোনবিগে হায়দুনা।
ঐহাকস্তু ঙাইরি হে অশিবা।
মহাকপু খঙগে হায়দুনা
কোনশিনজগে হায়দুনা
চৎমিন্নবা খুৎশম্না
মঙালগী লমদমদা
নুমিৎ লিশিং কয়াগী নৈবাক্তা॥
ইম্ফাল,
২৭।৮।৭৫

# নাইতোম

হৌজিক মতমসিদা
জীপ কারগী মখোলনা নিনবা হেল্লকপগী মতীক
জেৎকী প্লেননা পাইবা তোয়শিল্লকইবমখৈ
দোলান্না মথোল ব্রাংখৎলকপগী মতীক
পূনশিন্নবা কাংলুপ্না মশীং য়ামখৎলকপগী মখৈ
ওইরকই মীওইবসি নাইতোম তাবা।
নত্তে উমংগী অচিকপা
মীয়ামলক্কী অচিকপনি।
মীৎকা মীৎকা ওনশিন্নৈ
উনবদি ফংনদে।
চীনগা চীনগা মরোল লোন্নৈ
অর্থদি খঙনদে।
খুৎকা খুৎকা চিংনহুনা শন্নৈ
অহুবু য়াদে চৎমিন্নবদি
লীচিং মাঙখিহুনা থায়নগী সমাজগী
ওইরকই মতমগী মীওইবা
নাইতোমগী দ্বীপ অমমম।
অর্থ য়াওরক্তে চান্নবগী মীনোক
লৈরকই মায়খুমগী মথংদা মায়খুম
মাঙনরকই অশেংবা মশক।
মীগা মীগা শকখঙনদে।

ওইরকই মীওইবসি নাইতোম তাবা যাত্রী।
চাওখৎপগী ৰাকুনী চীংমাইসিদা কানরি মীওইবনা
থিনরি মাঙপ্রবা থম্মোইবু
থায়নগী মুংশিববু শান্তিবু
মুংঙাইবগী মৈরা লিশিং পায়নরকুনা।
অদুবু ফংগদবা লৈতে
মরমদি থিম্রিবা পোৎসি
মমুংগীনি মপান্দা লৈতে।
অদুবু লৈররোই খল্লি মীওইবনা মপান্দা
অদুনা থিরি অরেপ্পা লৈতনা
তাম্নবগুম্না মায়া মরীচিকা
নাইতোমগী জগৎ অসিদা।
এপ্রিল
৭, ১৯৭৬

## ঐ

য়নন মহর্ষি, নহাক্না তাকপীরি তভনা
শক খঙউ
ঐ কনানো ?
লৈতে পোকপা শিবা অৱাবা কায়নবা
অনিশুদে— অমতনি ।
পুন্নমক ঐনি— অমতনি ।
তারে মীওইবগী চাক্লবা তেংথারোল
মচা কায়নবদা মমাগী
থেংনবে খাঙডমদবা চৈনাখোল
শেংনখিবদা চান্নবা চান্নবী
অতুবু অর্প লৈতে পুন্নমকসি ।
কনানা কনাদগী কায়নবা
কনানা কনাবু থাদোক্লব্বা
অনি শুদ্রবা অমথক্তা
অমাঙবা লৈতে কায়নবা থঙদে ।
ঐনা ওইরিবসি জগৎনি
জগৎনা ওইরিবসি ঐনি
ঐ অসি—
নত্তে হকচাং মাঙবা য়াবা
নত্তে পুক্নীং অরেপ্পা লৈতবা
নত্তে পোকপা শিবা নাইগদবা

অহৌবা লৈতবা
অরোইবা নাইদবা
মতম অমস্তং মফমগী ৱাংমদা লৈবা
আত্মানি।
তাবদদি ফনা চুম্বোই নীংই
অহুবু খঙলব্রা হায়বহুদি নত্তে
মরমদি মসি আত্ম জ্ঞাননি
ৱাখলনা লাম্বা ফংলরোইদবা
থেংনগদবা সাধনাগী মঙালদা
যোগীগী তপস্যাদা॥

এপ্রিল
৭, ১৯৭৬

# চিংনবা

মনোরমা, নহাক নশম শাই ককউ
লুথোকউ চীংহি অফুৎপদা
শংব্রৈ, মনম নুংশিরবা নাপীশিংদা
অগ্নি লৈহাও থেৎলকউ
ঙম্লগনা লৈ নাচোম অমস্থু চিল্লকউ
নশক্কীদি ফজরিবত্থু মঙাই
অত্থুগা ফম্লরাউ ইনাক্তা।
য়েংউ ঐহাকসি অমুক্তং
অশিবরা অহিংবরা
ঐহাক মক্তি
চিংনবা পোকলে ॥

এপ্রিল
৭, ১৯৭৬

# মণিপুরী

ঐখোয় মণিপুরীনি, হিন্দুনি
আর্য্য ঋষিশিংগী মচা মশুনি
ভারতবাসীনি—
লাউজরক্লি ঐখোইনা খোন্থাং ৱাংনা
নাপলগা লোয়ননা
ঐখোয়না ফংজহৌরবা সংস্কৃতিগী
খুদোলগীদমক।
খনজবক্লি চহী কুমজা কয়াসি
উজরক্লি ইতিহাসকী ঈহৌ কয়াগী এন্নুংদা
ভারতনা ইমানি
ভারতনা ইপানি।
মহাভারতকী চিত্রাঙ্গদা
ঐখোয়গীনি।
অতুবু বিজ্ঞানগী ডাঙ্ড্রানবা মশেঙ্না শোকপদা
পারী পুরী খোঙ্গুল লীবদা
থোরক্লে অনৌবা মশক অনা—
অৱাং কৌব্রু অশুপ্পা
লোইমনাই খুন্থা অহানবা
থোরক্লে অৱাং চাউখোং হিদেন্দা
তাউথগ্রবা কাহ্নাই কনাগী
লৈমনগী ৱারী

কনক থোংগ্রা লাঙ্গোন লুখোইগী ৱারী।
কিরাট দেশনি ইরমদমসি
অর্য্যাবর্ত্ত নত্তে—
মন্ত্র যন্ত্র তন্ত্রগী হৌফমনি।
লোন্দা লৌচং শাজত্তা
তোপ তোপ্পা কাংলুপনি—
মৈতৈনি।
খলহনলক্লে চেকশিন্দবা মীকুপ্তা
ইকাইজহল্লে হিন্দু ওইরবগী
ওইদ্রবোই খলহল্লে ভারত ইমাবু
ইমা নত্তবগুম।
অতুবু অসিনদি পল্লেপফম নত্তে
থিবগী।
অসিনা
পাইনরি ৱাখলগী শাথপসি
খোইমুনা পাইজবগুম
লৈরাং অনদগী অমদা।
পুরান কয়া পাজরে পুয়া
কয়া ফাকচরে
থাজজকরে জগাত্তা—
গুরু শিদবগী, সনামহী পাথংবগী
নোংপোক পান্থোইবীগী
অয়াংলৈমা কবোকচাইবীগী
কোন্থৌজম লাইরেম্মগী।
চোংথোরক্লে মুর্ত্তি অমা
উমা মহেশ্বরগুন

মাইথোং তংখায়না কিরাটকী শকফমনি
তংখায় অমনা হিন্দুগীনি
অর্দ্ধনারীশ্বরগী মশকনি।
আর্য অনার্য, দ্রাবীড় নিষাদ কিরাটনা
শাগৎখ্রবা ভারতকী সংস্কৃতিসি
ওইরমদ্রে আর্য ভাক্তগী
পূন্নমক্না চণ্ডশিন্দুনা পূন্নমক্কী
ওইখ্রবা মীওইবগী অতিয়া খেৎপা
রাখলনা মুর্ত্তি ওইনা শাগৎলবা
সংস্কৃতিনি ভারতকী অমত্তা ওইরবা।
ইমা মণিপুর নুংশিবী
খঙ্গক্রুরে নচানা ভিক্ষারী ওইরবোই
অদুবু মীপাল তাংবদি ওইরমদ্রে।
চিংনজরুই শারুরবরা মীপোৎনা ঈপোৎ
অদুবু ইশাতগী ইরন ওইরমদে।
ইতিহাসকী খোঙচত্তা ঐখোয়না
লৌজরকপস্থ কয়ানি মীঙোন্দগী
অদুবু পীথোকখিবস্থ মমল নাইদে
পূন্নমক্কী পুক্কেদা লুপখ্রবনি—
হিন্দুগী লৈকা ফাকপদা থেংনজরুই
মৈতৈগী লৈনা
অদুবু মৈতৈগী লৈনা অমুক শেৎপদা
থেংনরকই অমুক হিন্দুগী লৈশাৎ।
লুমাং তাবু য়েংলগা
লৌরি নহাক্না মৈতৈগী শকফম
লুতুং তাবু য়েংলগা
ওইরি অমুক হিন্দুগী মূর্ত্তি।

ইমা! চোকথরবা নচাগী মীৎফমদা
জগোইশাবি অয়াংলৈমনা
পেনাগী শীকপ লোন্দা
থোরক্লি শিবগী তাণ্ডবজগোই
গোপীশিংগী খোঙথাংগা কোম্লনা
পেংলবা অহিংগী বাঁশী মখোল।
হে মণিপুর, হে ভারত
অঁনিমক অনতনি ঐঙোন্দা
খেন্নবা লৈতে খেন্নবগী মন্নুংদা
মান্নবা ডাক্তনি মান্নদবগী মন্নুংদা
লৈরাং থম্বালনি
ঐঙোন্দদি।

ইম্ফাল
১/৯/৭৬

# পুন্সী

থিজরুই নিংথৌতুরেলগী লমদমদা
পুন্সীগী অর্থ
ফমথজরুই মিং উইশিন্দুনা অমুক
থেংনগদ্রা হায়দুনা
মুমিং লিশিং কয়াগী লমদম।
থিজরক্লি পুন্সি চুপ্পসি লমদমদুতং—
রাহৈনা য়ৌবা ঙমদ্রবা হুঞ্জরক্লবা
উপায় লৈজদবা মীৎফমদা গাত্ত লৈতনা।
ঙসি অয়ুক্তা শোকচরুই লৈরাং অমতং
খুৎনা শোকপদা কেনখি
লৈমায়দা তাখি ফজবগী নঙাল পূম্বা।
খঙহৌদনা পোকখি রাথলদা—
অসিরা পুন্সী হায়বহুবু
অর্থ য়াওদবা, ঙাল্লম্বা
ঙাইহাক্কী মৈরীগুম?

ইম্ফাল
১/৯/৭৬

# ৱাহৈগী পংথৈ

শাম্নজরক্লি পুন্সী চুপ্নসি
ৱাহৈগী লৈকোন্দা।
ৱাহৈগী মথংদা ৱাহৈগী তেন
কাপচরক্লি ৱাখলগী তেন্দোংদা অস্থুক কুইৱসি।
অতুবু খঙজরে হৌজিক্তি
ৱাহৈগী পংথৈ নাই, ৱাখলবু
লোৎশিল্লি, ফোংদোকপা ঙমদে
মচীন পংলবা তাগুম্না।
মসিনা মীওইবনা ৱাহৈনা লেপথ্রবদা
ফমিন্নরি তুমিন তুমিন্না
চানরি মিৎকা মিৎকা
ফোংদোকপা ঙমদ্রবা অচুম্বদুগী
য়োরক্কদ্রা হায়দুনা মশেক অমতং।
ধ্যান তৌরি যোগী ঋষিশিংনা
চংথরি তপস্যাদা তুমিন লৈবগী
অচিকপগী
শান্তিগী॥

ইম্ফাল
১/৯/৭৬

## ছন্দ

মাঙদা উরিবা মূর্ত্তিসি করিনো ?
নাকোং থাংগৎলি তাগদবগী
অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা রাগ রাগিণী
অদুগা শৈহেক দক্ষিন ভারতকী
থোরক্লি মূর্ত্তিশিং চোংথোরক্নুনা
মন্দিরদা হক্রুম্বা মীংনাইদ্রবা কলাকারশিংনা
থমজরম্বা পুন্সীগী ধ্যানগী মঙংদা
মিনোকগী স্ক্রিনদা থোরকপগুম্না
মঙলা তাইবংলা তৌরিবসি ?
য়েংজরি ঐহাক্তি ইতোম্মতা
চরাম্নরবা চিন্তাবু কোঞ্জরদুনা
পূন্সীগী ফজববু থেংনজনবা
করিগুম্বা লৈরম্লবদি অনৌবা।
মীৎফমদা লৈরি পেনাগী ছন্দদা
কৌক্রুগী নামিবা নুংশিৎনা চামথোক্লবা
লেংঙম শাঙমদবা হকচাংগী শাথেক
উইশিল্লবা মীৎফমগী তপস্যা
থেঙলবা অহিংগী বাঁশীগী স্বরদা।
শক্তি ঈশৈদি অর্থদি থঙদে
শারি জগোয়স্থ মরোলদি থঙদে
অদুবু পুবীরি ঐহাকপুদি মীশক্লম্না

হেলোয়না চেল্লবা শুক্ষৎলবা লম্মাংনরবা
মা মাতুনা চৎলি মীৎতাংবগুম্না
চৈশু তেকথ্রবা
সুরগী লমদমদা মরোন মরোনগী জগত্তা ?
হে নর্ত্তকী !
নহাকপু ঐহাক্না শক খঙদে।
অদুবু নহাক্কী জগোয়সিনা মীৎ পাঙহল্লে ঐহাক্কী
খঙজহল্লে ইশামকপু
ইশানা থিজবা অসিদা
থেংনরিবসি সুরগী ঈথক ঈপোমসিদা
নত্তে অতোপ্পা লমদম অমগী য়ারা
নত্তে খা ভারতকী মূর্ত্তিশিং অমসুং কলা
নত্তে নহাকপুসু হে নীংথিজবী !
থেংনরিবসি ঐহাকনি ইশামক।
খঙজরুদবনি নহালমখৈ মঙলান্দা
কিরাট জাতিগী অরাং নোংপোক ভারতকী
থিজরুবনি খোৌরাংলবা মীৎফমনা
তপথদ্রবা থম্মোয়না
ফজবগী খোংগুল লিরুবনি।
অদুবু লৈরম্লে থম্মোয়দা
কাচীন অমদা
নহাক্কী জগোইগী ছন্দ
কোনশিঞ্জরগমি হৌজিক্তি চেৎনা
ঐহাক্কী ছন্দবু ঐহাক্না
নহাক্না য়াকায়বীরম্লবা॥

ইম্ফাল
৫/১০/৭৭

# লম্লানবগী মঙ

কোনশিঙ্গরগনি হৌজিক্তি চেৎনা
ফজবগী লৈরাংশিংসি ইখুৎমক্বা
সুর ছন্দগী লংলানা পুনশিল্লিবা
মঙলানগী পরেং পরেংশিংসি।
অদুবু মঙবুদি করম্না কোনশিনগনি ?
পুন্সীগী য়াক্লবা নুংশাসিদা
তাথরক্লি তোপ তোপ বকুলগী লৈরাংশিংসি
অয়ুক্কী শিঙ্গারৈনা কেনবগুম্না।
অদুবু ঐনা কোনজরুই ঐনা কোনজরুই
চেৎ চেৎনা থম্মোয়দা
মাঙফদ্রবা মীকুপশিংসি পুন্সীগী
মূর্ত্তিশিংসি থোরক্লিবা
মীৎফমসিদা চোকথরবা মায়থীরবা
মঙাল শাম্লক্লবা আশাগী।
হে ঈশৈগী রাগিণীগী মূর্ত্তিশিং !
চঙশিল্লকউ কোনগে লাউ
ঐঙোন্দা চঙলকউ
করিগী হঙ্গোয়রি ?
শোক্লরাউ থম্মোয়সে য়েংলো লাউ মীৎফমসে
ঙাইজরিবা নখোয়তবু
পুন্সীগী মীৎকুপ থরদংগী।

খণ্ডইনে ঐহাকসু নখোয়সি মণ্ডনিনে
মণ্ডালগী মপৈ মপৈনে
থেংনবা য়ায়েহে লৈচীলগা
কংলবা চোকথরবা হকচাংসিগা।
অহুবু কৈনো তোরিবসিদি ?
হকচাংদা লৈহৌরিবসিদি করিনো ?
নীংথিজবীশিং অসিনা কোনবীরম্বা চুম্বীরম্বা
মায়থোংদা চীনবান্দা
তুমিন লৈয়ু— কনাদসু তম্নু
কনানা অসিবু থাজগনি ?
হায়রমই ঐঙোন্দা নাপচীক্না
নখোয়সি কনাসু নত্তে লম্লানবা নিপা।
নহাক্কী ঙাক্তনি
নহাক্কী থম্মোয়দগী থোরকপা সুরগী
ঈথক্তা তাউরিবা
রাগ রাগিনীগী মীওইশিংসি
কোনশিল্লু ঐখোয়বু ননাক্তা লৈগনি
মতম চুপ্পদা লেংদনা।
পোথাজরি উখোংদা চীংয়াগী
লম্লানবা নিপা অসিনা
অহুগা উরি মমিত্তা
তাল্লবা পাৎয়াদা শাৎলিবা থরো থম্বাল চাম চাম
থম্নানা লৈরি তাউর তাউরহুনা
মতোমতা খঞ্জে
অমুক্তং ইরোইজরবদিকো থম্বাল মরক অসিদা।
ইম্ফাল
৬/১০/৭৭

# তীর্থ যাত্রা

১

মণিপুর নহাক্কীদমক ৱাদবা ঙমদে ঐহাক ;
চঙমিন্নরক্লি খুৎশম্নদুনা চহী কুমজা কয়াসি
চৎলিবনি হায়দুনা মঙালগী লমদমদা
শাতুবু থাংজিল্লক্লি খোঙদি অমম্বদা অসুম
অমম্বগী মথংদা অমম্বা।
থাজরুই নহাকপু নোংমদি শকখঙলকখিনি
চরায়রবা যাত্রী নচা লখানা
থেংনরক্কনি নহাক্কী নোকমিবা মায়থোং
থম্বাল চামনিপালগী মশক লৌরদুনা।
উর্জরি হৌজিক্তি অমম্বদা মৈথুরক্কা
হুমাংনা কাহৎলবা নহাক্কী মায়থোং
চপশীল্লবা শক্নদা উনশানা কুপ্লবা
তম্নরাইগী মশক লৌরিবা য়াচংবদা
তশেংবনি মণিপুর ! নহাক্কীদমক ৱাদবা ঙমদে।

২

লেপ্পদি লৈত্রি তীর্থ যাত্রাগী খোঙচত্তি
চৎলি বারুণীগী মৈরা লিশিং পায়দুনা
কারি কৌক্রুগী চীংদোন্দা হোৎলুই লৈমায়দু
থেংনগদ্রা হায়দুনা অপোকপগী শক্নশিং

অদুবু লৈরমই উফুলগী মংঙদা উফুল
চাইখোকই উফুলশিংদু লম্লানবগী খুৎনা
ওল্লকই উফুলশিংদু শক্লগী শক্লঙাক।
লাউজরমই ইরমদম মহাভারতকী মণিপুর
ভারতকী কাচৌন্দা ঙাল্লিবা সনালৈবাক
তান্ত্রিক সাধনাগী খোয়দৌ মণিপুর
অদুবু মসি মঙ ওইরম্লে
ওইরম্লে মঙলৈবাক্কী চোইরোল।
হে মণিপুর! নহাক্কী চুম্নগী লৈপাক মচেৎ অমত্তনি
লৈকংলাগী মৈশারক্তা খাঙলিবা।

৩

মফম অসিদা পাইরি লৈচীল
অদুবু নোংদি চুদে।
উপালশিংনা লৈরি চপ চপ লেপ্পুনা
তুমিন তুমিন মায় ওস্থোরকুনা।
মফম অসিদা লৈরি মৈশাদি
অদুবু মঙালদি উদে।
ঙাল্লি থাজস্থু পুর্ণিমাগী অহিংদদি
অদুবু ফাওদে থাজগী অঙৈংবদি।
লাউরে মীয়াম্না খুৎ তুংবুম্নরদুনা
নোংও চুথরো রাকোল্লো রাকোল্লো
অদুবু খোক্তে খোঞ্জেলদি ময়েক শেংনা
মরমদি লমদমসে ওল্লক্রবনি মরুভুমি
তোংগদবা মতম নত্তে অঙৌবা শগোল
তোংবা তাই লৈকংলাগী উট পরেং।
অওইবনি মণিপুর, নহাক্কীদমক রাদবা ঙমদে।

## ৪

ৱাফমুদি ওইরে, তশেংনমক নীংবা কায়বগী
আশা লৈতবগী লম্মাংনবগী।
অদুবু করিদি তৌনি— অচুম্বতবু হায়বনি।
হোৎনৱক্লিবনি যুগ কয়াসি লৈলাংনবা
নোংমদোনগী লৈরাং খুজোক কৎনবা।
অদুবু মূর্ত্তিসিদি তশেংবা নুংগীনি
থম্মোয় য়াওদ্রবা কংলবা নুং মচেৎনি
নুংগা লৈরাংগা থেংনবা য়াবা নত্তে
নুংগা থেংনগদবদি নুংতনি।
নুংতনা নুংগী য়েক্লবনি মরূপনি
কৎলি ঐখোয়না লৈরাং খুজোক নত্তে - নুং খুজোকনি
লংশিল্লি মতমগী নুংগী লাইদা।
মণিপুর, নহাক্কীদমক ৱাদবা ভমদে ঐহাক।

## ৫

চৎলি মচা কাংলুপ অমনা
মমাগী ঈজৎ ভাক্কদৌরিবনি হায়দুনা
লাইরেন মথেক্কী পল্লোন ৱাংমদা
হোৎনরি নাম্তোক্কদবগী থৌনা ফনা
অদুবু ময়েক্তি নত্তে চুম্নগী লম্বী
পাথংবগী পাফন চা কয়ানি
থেংঙ্গৌরোল কয়াগী য়াকায়বুংনি।
মায়কৈলাকপা লাইগা শাগোম্নরি।
কান্থোক্লবনি খোঙসি নীংতম্বগী মঙান্দা
অদুবু থাংজিনবতনি বন্দীশংগী লৈশায়দা
ওইরি মখোয়না মঙগী বন্দী।

অর্থ য়াওদনা কানশিল্লক্লিবা খোঙথাংদা
নীংতম্বগী মন্ত্রদা ইশানা
ইশাতবু চেৎনা ফাজিনজবা
মণিপুর! নহাক্কীদমক তশেংনা ৱাদবা ঙমদে।

৬

কাউরবরা নহাকপু সংকীর্ত্তনগী মোইবুং খোঞ্জেল
ক্বাকতাগী নুংশিৎ নামিবা?
কাউদ্রি মণিপুর কাউদ্রি
ঙাশুজরি নচাশিংস্থু চেনজরি নোংলক্তা তবি তবিনা
পঙলবা নৱাশিংগুম জ্ঞান তাদনা
চেনশিঞ্জরি মাঙলোমদা চাৎথৎপগী খোঙথাংদা।
অতুবু থাংজিল্লি অসুম অসুম মতমগী লাংদা
য়োৎশিল্লকই নশা পুম্বসি খারৌনা য়োৎপগুম্না
পুন্সীগী নুংশা স্বর থিংলক্লবা।
নশকতি ফজ'র অতুবু লায়নাদি কেনসরনি
শন্দোরক্লি নশা পুম্বদা মূৎখিগনি নোংমদি
নহাক্কী নঙাল নহাক্কী ফজবা খঙহৌদনা
চীংলোন মাপলনা কোয়শিল্লিবা নীংঙাইদনা লৈথোক্লিবা
মণিপুর! নহাক্কীদমক ৱাদবা ঙমদে।

৭

লেপ্পা লৈত্রি তীর্থ যাত্রাদি—
য়াকায়রক্লবা মচা লিশিং কয়াগী
তিংথোরক্লি মথুং লিশিং কয়া
য়েংশিল্লহনা মীৎফমশিংদি মায়খুমকিনা চীং অমসুং তমগী
মীত্তাংবদি নত্তে অতুবু খঙদবনি মঙালগী মশক

চঙশিল্লি বেত্থইনশিংনা মরুগী লমদমদা
লাউরদ্রুনা তাদনবা খোঞ্জেলদা শান্তিগী মুক্তিগী।
তশেংবদি উপায় লৈতবনি তৌফম থঙদবনি
খৌরী চরম ফুল্লকপগী খোঞ্জেলনি
অদুবু চঙশিনবদি তাই মাঙলোমদা অস্থুম অস্থুম
লৈকংলাগী চাকথেক্লবা মুংশাদা
মৈ হৌরবা উফুল্লক্তা উপায় লৈতনা
হন্দোকফম লৈতবনি অমম্বনা তাম্নরক্লবস্থু।
মণিপুর! নহাক্কীদমক তশেংনা ৱাদবা ঙমদে।

৮

শাংলম্বনি লমদমশিদস্থু
মেলৈলৈস্না মুংজুম্পাল কদাম্বদি লৈমুংশি
হৌজিক্তি ওনথ্রে লৈকোলসি আতরগুলাপকী
অতরগুলাপপু ফজদে মুংশিদে হায়ববুদি নত্তে
অদুবু পামজরুবতনি শীংগারৈ লৈরাংবু
মশক থীজরবস্থু স্নারৈ লৈরাংতবু
লমদমসিগী ওইজবা চাউজরকপা লৈহাও অসিদা।
য়েংশিল্লক্লি হকচাং পূম্বা মতমগী লৈরাং পরেংনা
মনম ফাওদ্রবা শকথঙদ্রবা লৈনাশিংনা
পীবীগনি হায়দুনা মুক্তি ৱাখলগী
অদুবু চিংনরে ওইরক্লবরা বন্দী
চাইথবীরক্কুনা কোকথক্তা আতরগুলাপকী লৈনাশিংনা।
নীংশিংলক্লি হম্না হম্না
অৱাংগী চীংগোন্দা চীক্লা ঙানজরিবী খোংগমমেলৈবু
মণিপুর! নহাক্কীদমক ৱাদবা ঙমদে ঐহাক।

৯

লেপ্লদি য়াদে তীর্থ যাত্রাগী খোঙচত্তি
চঙশিন্দবদি য়াদে মঙালগী মায়কৈদদি
লাউনরি পূম্নমক্না মাঙদা চঙশিনসি
মাঙদনি মাঙদা মাঙলোমদা
শোয়খিবদা খোঙফম অমতং
নেংথায়খিগদৌরি খোঙফম লিশিংনা
মাঙগদৌরি পুন্সী অর্থ লৈতনা।
ঐহাক্না হংজরিবদি ৱাহং অসিমতনি—
থাংজিল্লিবা খোঙথাং অসিমা মাঙদা
চঙলক্লবা অসুম তুং ওন-ওন্দুনা
থাজরুরিবা চীংথৈগী মশেক অসিনা
তারমদাইগী ঙাঙ্রানবা মশেক ওইরমতুনা
মাঙশিল্লক্লবা অসুম অসুম
ঐখোয় কৈদৌবা তাই?
লেপকদ্রা কর্ণগুম্না দোলাই চাকা ফাজিনগ্রবা লৈমায়দা
মহাভারতকী লানফম অসিদা
মথংদনা করি তৌবা?
মণিপুর! নহাক্কীদমক ৱাদবা ঙমদে ঐহাক।
ইম্ফাল
২৭।৭।৭৮

## ইশাগী শকফম

মতম অসি ফজ্রবনি
তুমিন নৈয়ু। লাউনা ভাউগনু
করিগুম্বা তাথ্রবদি অহৌবা খোঞ্জেল
তাগনি করেম্নবা ওইনা।

মাঙদা য়েংথোক্লুনু মুম্না
চাম্নবশিংগী মায়থোংদা
য়েংশিল্লুরবদি থেংনগনি শেংবনক
মিন্থুংশি।
লম্বী থাদোকউ সরকারগী লমজাউসিদা
চৎসনু বেঙ পার্টি
অঙম অথৌশিংগী প্রোসেসন
নহাক্কী ঐগীদি লম্বীগী চিদায়দনি
চৎকদবনি লু লুক্রা।

নোকপস্থু মতমউ
নোক্তবা ইয়া ময়াম্রবদি
মায়থোংদি উৎপা য়াদে কপ্লিংবগী
থোকউচো মনীংথোংলোমদা
নৈথোকউ মিংলুদগী পিরাং মরিক অমনিদং লোম্না।
অদুগা তাও অকাশবানী ইম্ফালদা
মুমিদাং পুং তরেৎমথায় তাবদা

য়াওরম্বসু য়াই নংগী ঐগী পাউ।
পাউবুদি পঙনৌ নৌদবসু য়াই
ওইরমগনি আশাগী আশা কায়বগী
অপাম্বগী পামদবগী পাউ পরেং
অহুবু করিগুম্বদসু য়াওরম্বা য়াই
পাউ অমতং
নংগা ঐগগীদমক॥
ইম্ফাল
২৪/১/৭৯

# প্রজাতন্ত্র মুমিং

ঈপা ইবুংঙো, শান্নজনিংবনি নচাদি
থরাম্মিচাক খুজোক খুজোকা
লংথোকচনিংবনি লৈরাং চরোং চরোং
সমুদ্র তরেংকী বাংমদা
প্রজাতন্ত্র মুমিং সিদা
কোনশিঞ্জরহুনা চেংনা থম্মোয়দা
চৌংথৈ ফিতুপপু।

অতুবু থোরক্লি ফাইরবা লৈয়েংদা
দোলাই চাকা ফাজিনগ্রবা
মহাভারতকী কর্ণগী খোঞ্জেলদা—
ঙাইখো অর্জ্জুণ মীকুপ অমতং ঙাইখো।
পৃথ্বি মাতাসে অমুক্তং চাংয়েংনখিগে।

ওন্থোকপা অভিশাপনি যুগসিগী
মীনা শা ওল্লকপসি
ওইরকপসি থম্মোয়না মুংগী মূর্ত্তি
নোক্লকপসি অর্থ য়াওদনা।

প্রজাতন্ত্র মুমিংসিদা
পাইনিংবনি ঐহাকসু ফীরাল মচা অমত্তং
নীংতম্বগী

থাল্লিংবনি মোমবত্তি মচা অমত্তং
কখোকচনিংবনি পি ময়ৈক অমতং শহীদশিংগী
খুয়া থম্বালদা।

অত্থুবু উপায় লৈতে
নাম্থোক্লবা লম্বী অতৈ লৈতে
কুপশিল্লনি শোয়দনা তেল্লা
ইশা পূম্বসি
নোম্থখিবা ভাই ইকোকসি
পাল্লরিবা তেনজৈশিংগী
চৈনাখোলদা॥

ইম্ফাল
২৪।১।৭৯

# পুরাণ মৈথাবা

তশেংনমক থাখিবরা শান্তিদাসনা
মৈতৈগী পুয়া শিংবু ?
ঐনা হংজরিবসি তাবীয়ু।
ওইথিব্রা মপানগী মৈরীনা
মন্নুংগী মৈরী
মতুনা থম্মোইবু চাকথেকহনখিবা ?
তশেংবনি পাইথোকখিবসি
পুয়া চা খরতা নত্তে
পুয়া চা কয়ানি পুয়া লিশিং লিশিংনি।

অমুকন্তু হংজরি তাবীয়ু—
থাদোকপা ঙমগদ্রা হিন্দুগী পুরাণশিংবু
ঈদা তোংদা চুথ্রবা
শিংলিগী ইচেন্দা য়াওথ্রবা ?
পুয়াগা পুরাণগগী তিন্নফমদা
অনৌবা পুন্সীগী লাংদাইফমদা
ওলহলবা ঙমগদ্রা মৈতাল
কলচরেল রিভোল্যুসনগী মমিংদা ?
ইম্ফাল
২৪।১।৭৯

# ব্রাহং

মকোক্তা ফি য়েস্তুনা
ওস্তোইজরি ভক্ত অচুনা গোবিন্দগী লাইমাংদা
হিংসা অমঙ্গং অধর্ম্মনা
কল্লকপনা মিহৌবনা
চাকথেক্লবা মশা অচুনা
হংলি য়েংখত্তুনা মৃত্তিদা
করি তৌজো হায়বগে ?
মোমোন নোকই গোবিন্দনা।

থেংনরুরে চোংথোক্তুনা
হিংসাগা হিংসাগা
লমন খুম্বগা লমন খুম্বগা
ইহং নাইহং শারুরে মশা পুম্বা।
উপায় স্নুকলৈ লৈতে হিংফম
ধর্ম্মগী লম্বীদা চৎচবদা।
য়েংখৎচরি ভক্তচুনা গোবিন্দগী মায়থোংদা
হংজরকই— করি তৌজো হায়বগে ?
মোমোন নোকই গোবিন্দনা ?

ইম্ফাল
২৪। ২। ৭৯

# পাখংবা

ইবুধৌ পাখংবা। নহাক্তি লাইবক ফৈ
পা- বু খঙখি লৈমরেনগী থৌজান্দগী
কোয়দুনা গুরুগী ফাংখোংবু তম্লেৎলক।
ঐখোয়দি ওইরে সনামহি
কোয়রি পৃথিবীগী মরোল তম্লেৎ
হঞ্জিন হঞ্জিন পোখ্খাবা লৈত্তনা
পুজরদুনা কোকথক্তা
হায়াবা —নোংথাংলৈমগী মীনোক।
লেপ্পা লৈত্রি খোঙচৎসি
কিরাটকী ফীজোন শেৎচিঞ্জরদুনা
লাম্থোকচরুই হিমালয় চীংশাং তিব্বতগী
ফাওরুই আরাকান লমদম
থেংনজরুই ফুনানগী উমং চম্পা লমহাংদা
ঈপা ঈপুগী খোঙগুল লীবা।
চোকথরবা হকচাংনি
খাঙজবদা মীচৈ মীনোক লম্লানবশিংগী।
য়েংজরুই খুনিং কাংখৎচদুনা
সমুদ্র তোর্ব্বানগী বালি লমদমগী জগোয় শিংদুদা
থেংনগদ্রা করিগুম্বা মৈতৈগী খুৎথেক।
চেৎনা কোনশিনজরুই সনামহি পাখংববু
থেঙ্গৌরোল মাপলগা কোন্নবা পাফল চহুমহুম্ফবু

ঐথোয়তগীনি অতৈবু শোকহল্লোই হায়ত্তুনা।
অত্তুবু ওইরম্লে লমদমসি যন্ত্র তন্ত্র মন্ত্রগী
শিবগী দেবীগী মক্কোকা মমৈগা চীরুবা
কুণ্ডলিনী শক্তিগী চক্র তরুক লাম্থোকুনা।
বাঁশী খোঞ্জেলনি ওস্থোকচরুই
তৌত্রিগী মরোল য়াওরমলে
ডাওজরুই পেনাগী শৈশক্তা
চণ্ডলমলে শিবগী য়াৱানা
অত্তুবু থিরি তাজত্রি থরাই
পল্লেপফম নাইদ্রবা থোঙচৎসিদা
ধ্রুবতারাগী ছন্দগা কোন্নবা
পা—বু খণ্ডবগী তীর্থ যাত্রাদা॥

ইম্ফাল
২৫।৪।৭৯

# বরাক তোবর্বান্দা

কুমথজরে মতম কুইনগী তুংদা
বরাক্কী তোর্ব্বান্দা
নোংঙাল্লমদাই মতম অসিদা মম্লি মম্লিবা
চায়থৎচরি ঈশিং খুজোক কোকথক্তা
শোকখ্রবা ঈপা ঈপুগী চরণধুলিনা।
কোনশিনজৈ চেৎনা হৌখ্রবা ইতিহাসপু
চহি চা কয়াগী নীংশিং মশেকপু।
থাজরুই ওল্লেদনা ঈপাগী মচা
মীকুপ থরদংগী ওইরবস্থু।
অদুবু ওস্থোকপনি—
পায়রমই খুত্তা টুথ ব্রশ সাবোন
তারি লৈঙোই মথক্তা স্থাওল
কমদোনা শোকনি ঈশিং তুলসীবোংগীদমক
তুলসী হৌদবা মীথুংশংগী
অমাংবা হকচাংসিনা?
হৌখ্রবা ইতিহাসতা সেবা চঙজরিবা
শেংদবা মতমগী খুৎশাশিংসিনা

ইম্ফাল

২৫।৪।৭৯

## বিনোবা

অঙকপনি বাবা! নহাক্কী সাধনাসি
ঘনবীগীদমক কথোকল্লি পুন্সি নহাক্কী
থাজ্জগন্দ্রবা মীথানদ্রবা মতমগী পুন্সিদা।
নহাক্তি লাইয়েকপনি পুন্সিগী
য়েক্লি মৃত্তি অমতং নহাক্কী অরোইবা তুলিনা
মপি তারিবা ঘনবীগী মায়থোং অমতং
থোকহল্লি টেলিভিজনগী নকশিল্লবা মায়থোংগুম্না
চঙক্লবা জগৎকী মীৎফমদা।
নৌহৌনা তাকপিরি ভারতকী সভ্যতা
ঘনবীগা শাগোম্নরিবা লৌমীগী ইমুং
ভারতকী সংস্কৃতিগী থরায়।
ধর্ম্ম নত্তে নঙোন্দদি মসি অঙ্কনি।
রাজনীতি নত্তে অর্থনীতিনি সমাজনীতিনি।
বিজ্ঞাননা মেছিননা থদৎল'ক্লবা
প্রকৃতিগা মীওইবগগী মরী
পুশিল্লকপনি নৌহৌনা বিজ্ঞানগী মীৎয়েংদা
পীথিবগুম্না শকুন্তলাগী ফীজেৎ বিদায়গী
আশ্রমগী উরী বারীশিংনা
তারি নহাক্কী থম্মোয় শোক্লবা খোল্লাউ—
"ঐনা শিরগা ঘনবীনা হিংজবা অতুসু ফৈ
ঐসু শিবা ঘনবীবুসু ঙমজদ্রবা কনবা
চংচখিনি মুংঙাইনা শিন্নজরগা ঈশ্বরদা।"

ঘনবীদি ইমানি লাউরি ভারতকী সংস্কৃতিনা
কাউথ্রে হৌজিক্তি ভারত বাসীশিংনা।
চাউখৎলে খঙ্গরবা লাইরিক হৈবনি হায়জরিবা
নোক্লুরি মখোয়না মখোল হৌনা
মখোং চাদ্রবা শোয়নায়রক্লবা বুদ্ধিনি।
অত্তুবু নহাক্তি হে ঋষি অথোইবা!
বলিদান তৌরি নহাক্কী পুন্সীবু
ইমাগী পিরাং তৈথোক্লবা
তাকপীনবা ভারত বাসী কোটি কয়াদা
মাঙশিল্লকইবা ভারতকী সভ্যতা
ফংলকইবা মতমগী অভিশাপ
ইমাবু শক থঙদবদগী মীরায়বদগী।
ইম্ফাল
২৫।৪।৭৯

# অচীকপা

নিলখোঙলবা সনা লমজাউসিদা
লেপ্লি ঐখোয় তুমিন তুমিন্না
য়েংনরি অমগা অমগা
মীৎতি য়েংনৈ উনৈ খঙনৈ অত্থবু
য়াদি ঙাঙনদে।
য়েংলি মীৎতি কুপ্তনা জগৎ অমতদা
চীংলোন মাপলনা কোয়শিনবা লমদমদা
অত্থগা ইশা ইশাদা।
তারি পাউদি মথং মথং—
ঙরাংনা কাওবিরম্লে পাখং অমা
শরু তেকপমখৈ
নহালনা হাৎলমলে নহা অমা
লমহাং অত্থরাইদা
ঙসিদি শোয়দ্রে লাক্লগনি নোংলৈ নুংশিৎ
য়াদি ঙাঙনরি ঐখোয় পুন্নমক
অত্থবু মাঙখ্রে খোঞ্জেলদি
ঙাইবদি ঙাইরি য়াম্না য়ান্না
লাকখিনি মতম অমদি—
তশেংনমক লাকখিগদ্রা ?
সভ্যতাগী মন্নবা মৈখু মরক অসিদা
চাওখৎপগী য়াচংবা মতম অসিদা

মী তাক্লক্লবা খোঞ্জেল খোক্ত্রবা
কাংলুপ মচা অসিগী য়াৱা
তাবীনবা কনা লৈরিবগে
খঙবীনবা কনা য়াওরিবগে
শরৎ ঋতুনা লোইশিল্লকপা অসিদা ?

ইম্ফাল
৫ । ১১ । ৭৯

# খোঙচৎ

নশাগীদমক ওইরবদি তশেংনা
নশাদা য়েংজৌ
নশাদা হংজৌ
নশাবু খঙজগে হায়রবদি
উরিবনি য়েরুবত্নুদি নশানা
মিংশেলগী মমিদা।
ফনদি থোনা কৈ মখোয়শিংসে
চংশ্রে মখোয়দি পুন্সিগী চেংজেল পুত্নুনা
অত্নুগস্নু চেংজেল লোইত্নুনা
নারক উরক্তা শা-কৈ মরক্তা
অমম অঙানবদা নোংজু নুংশাদা
হনবা তৌদনা অরেপ্পা লৈতনা
লমদমত্তুদা
লমহূইনা তত্তনা খোংলিবা।
শোল্লমই মচীন্দা মুরুম মুরুম
নশাদা য়েংজৌ
নশাদা হংজৌ
নশাবু খঙজগে হায়রবদি
য়েংখোক্লমু মপান্দা তথক্লবা লৈকোন্দা
মচুগী তাং মরক্তা
য়েংজৌ নশাদা।

চঙশিনখি মখোয়না অরেপ্পা লৈতনা
পুন্সীগী পোনথা থারদুনা
মৈ ঈশিং মুংশিংকা মায়োক্লনা।
তশেংনমক মখোয়বু শক খঙলব্রা
ঐখোয়না ?
হায়বদি শাই— ঐখোয়গী মীওইশিংনি
থেংনখ্রুবনি অঙাং ওইরিঙৈদগী
লৈকায় মচাশিংনি খুঙ্গংগী ইচিন্নাউনি
করিগী খঙদদগে মখোয়বু।
আশাগী বানি থাজরুবনি
শক খঙলবনি হায়না
তশেংবদি মখোয়বু শক খঙদ্রি।
উহৌবদনি মখোয়না চৎখিবা
নত্তে থিন্দোকউবস্থ
থেংনবদনি য়াচঙবদা মন্নি মন্নিবদা
হোৎনখিবা মখোয়না
চীংজাউ মাপল নাম্থোক্লবা।
চঙখি মখোয়দি মথং মথং অমমম
লেপখি চপত্তিংনা উপালগুম্না
মরু লুক্না
মমীৎতগী মপি তানা
কনানা মখোয়বু নীংশিংবীরিবগে ?
হায়নরি ঐখোয়না
উহৌদে খঙহৌদে
থনম্লে মখোয়না বাহৈ অমতংদি কাউঙমদ্রবা।
ইম্ফাল
৫/১১/৭৯

# মীকপ থোকপা

কোনশিঙরুই ঐহাক্না মূর্ত্তিশিংসে মুংঙৌগী
মীকপ থোল্লকপদা
থাবলগী মঙাঙ্গগুম্না
চোকথরবা খুৎশাশিংসিনা
সভ্যতাগী ঈচেলদা তাউথরকপা।
অদুগা থাজরুই লেঙদনা লৈগনি মখোয়শিংসে
মাঙবা নাইরোই
মতমগী মুংশিংনা হুগদা।
অদুবু ওইরক্লে ইশামক মূর্ত্তি
মুংঙৌনা শাবা
মূর্ত্তিগা মূর্ত্তিগা তিন্নখ্রে
মতমগী মীনোক্তা।
চৎখ্রে মাঙদা মথং মথং
ওস্থোক্না থাজদনা
মীৎফমগী ঝাংমদা পরেং পরেং
মাঙখি মথং মথং।
লুপ্পা তারবরা ঐহাকপু অস্থম অস্থম
লুম্লবা মূর্ত্তিশিংসিগা লোয়ননা।
অসিনা ঐনা লাউজৈ হৌনা
অমুক্তদি পায়বীয়ু কৈদৌগে
অমুক্তদি

অমুক্তদি পায়বীয়ু পোৎলুমসে
ঐহাক্কা চেম্নবা তারিবা
মুংঙৌগী মূর্ত্তিশিংসে
লূপ্পা তারবরা ঐহাকপু অস্থম অস্থম ?
মাঙখি খোঞ্জেলসে অহাঙবদা
মীনোক্তা লৈহৌই মতমগী।
ফরে অহুদি চৎপা তারবনিনা
বসন্ত ঋতুনা চঞ্চলকপসিদা
শিন্নজগে অঙাং অসিমতংদি
চাউজরকপা য়োমশিন্দুনা আতরগুলাপনা
কদম পাম্বী মখোংদা
তাজথিবা মুরুলী বাঁশী নাপচীক্লা
পুবীখো অঙাং অসিমতংদি
লানবীহুনা যমুনা তুরেল
থিংঙমদ্রবা সভ্যতাগী খোঙচক্তা।
নীংশিংবীয়ু অঙাং অসি চাউজরকপনি
যমুনাগী ঘাট মপান্দা
অহুনা পুবীখো অঙাং অসিমতংদি।
খঙদ্রে হৌজিক্তি কনানা হিংবা কনানা শিবা
কনানা মাঙবা কনানা মাঙদবা
কনানা অচুম্বা কনানা চুমদবা
য়াই মুন্নরিবা লিনশিংগুম্না
চয়েৎনহুনা চনৈননা
ফংলবনি অকনবা অভিশাপ
যুগ অসি।
মসিনা লাউজরি খোঞ্জেলদি খোক্তনা

পুবীথো অঙাং অসিমতংদি
চাউজথিবা কোয়শিন্দুনা
নিংথৌ তুরেলনা
অহাঙবা অতিয়াদা থাবলদা
পুবীথো মঙালগী বাংমদা।
চংলে ঐহাক্তি চংপা তারবনিনা
অসুম অসুম
মাঙলোমদা
মঙালগী ওয়াতৈনবদা
অমম্বদা
ইতোমতা ॥

ইম্ফাল
৪। ১১। ৭৯

# গণতন্ত্রগী খোল্লাউ

অহিং নুংথিল খঙখিদ্রে
মতম পূম্বদা মায়কৈ পূম্বদা
পূমনিল নীলগ্রে
নুংশিবীয়ু ভোটপীবীয়ু মাইকগী খোল্লাউনা।
হায়জবগী লোয়বা নাইদে
খম্বা লৈতে ৱাহৈগী ঈচেলসু
কৌনরি ঐখোয়না অসিবু
প্রজাগী খোল্লাউ— গণতন্ত্র।
তশেংবদি কারকপনি জোয়ার সমুদ্রগী
মীয়াম লাখ কয়াগী থম্মোইগী ৱাখলগী
নীংজবা আশা কয়াগী নীংবা কায়বগী
লৈত লায়র কয়াগী পুন্সী কেম্লবা কয়াগী
থম্মোইদগী জোয়ার নত্তে— ৱাখলগীসুনি
ৱাহৈগীসুনি— পুন্সী পূম্বগীনি
চেল্লি পুমঙাও ঙাওনা পূম্নমকসি
মচা মৱা হুম্বোক্লম্লবা ব্রজগী গোপীশিংগুম্না
গণতন্ত্রগী মুরলী বাঁশী মখোন্দা।
থেঙলবা অহিংগী ৱাফম নত্তে বৃন্দাবনগী
অয়ুক নুংথিল নুংমিদাং খায়দ্রবনি
তুম্বা হিপ্লা চাবা খঙদ্রবনি
ঙাওহল্লবনি প্রজা লখা কয়াসি

মতম খরদংগীদা ওইরবস্থ।
অহুবু তাবীযু খোঞ্জেল অসে অমুক্তা
মী চীক্লবা অহিংদা য়েংশিল্লহুনা
ইশানা ইশাদা
অমুক্তগা হল্লা তাবীযু—
হিংসাগী, শক্তি মুন্নবগী খোঞ্জেলনি
অঙম্বা তান্নবগী পাৱার-পোলিটিক্সকী
হিংচাবগী খোল্লাউনি
তশেংবদি খোঞ্জেল অসি নত্তে
মীওইবগী।

ইম্ফাল
১৫।২।৮০

# অনৌবা পৃথিবী

জয়প্রকাশ নারায়ন নহাক্না শেমজগে হোৎনরুই
অনৌবা পৃথিবী অমা
লৈথ্রবা মথক্তা হিংসাগী পার্টি পোলিটিক্সকী
পুম্নমক মুংশিনবা চান্নবা সর্বোদয়গী সমাজ
সম্পূর্ন ক্রান্তিগী শকফম অমা।
নাইতোমগী খোঞ্জেল নত্তে
খুমখি ভারতকী কোটি কয়ানা মতম অমদা
হোৎনজখি নতুং ইনগনি হায়না
পুন্সি বলিদান তৌদুনা ঙাক্কনি
নীংতম্না, মীওইবগী খোঞ্জেল।
হৌজিক্তি ওল্লক্লে অনৌবা অর্থ অমা
খোঞ্জেলদুগী গণতন্ত্রগী তীর্থ যাত্রা অসিদা।
নহাক্না শাগৎকে হোৎনজরম্বা পৃথিবী
হৌজিক্তি মঙগী মশক ওইরে।
পুম্নমক য়েৎশিল্লরে অমুক
পাফলদা পার্টি পোলিটিক্সকী
নহাক্না থদৎকে হোৎনরম্বা
থিরি ঐহাক্না শম্নফম
মঙগা তাইবংগগী
লৈরগদ্রা অস্তুম মঙনা মঙ ওইদুনা
ঋষি কয়াগী কার্লমাক্সকী গান্ধিগী মঙ

অনৌবা পৃথিবী অমা শেম্বগী
ভল্লরোইদ্রা থোংশাবা তাইবংদা পুথরক্লবা
মীওইবগা শন্নবা মীয়ামগী ওইনবা ?
সাক্ষী ওইরিবা চহী যুগ কয়া অসিনা
পোকহল্লে তশেংবা— চিংনবা।
নীংবা কায়বস্থ নত্তে, চুম্নগী রাহং অমতনি
গণতন্ত্রগী খোল্লাউনা লেপথ্রবা
নিংথমগী অয়ুক অসিদা।
তারি খোঞ্জেল অমা ঋষিগী
"মীওইবগী পুন্সীদা পুরক্লিবমথৈ অহোংবা
খুতুম চন্দ্রিমগী ইন্দ্রিগী অপাম্বা কয়াবু
উদ্রিবমথৈ পুম্নমকপু মান্ননা
ব্রাহ্মন, শূদ্র চণ্ডালগী মশকপু
পুরক্লোই পুন্সীদা কৈদৌঙৈ অওনবা"
যোগগী লম্বীনি তাক্লিবসি
মুণি ঋষি কয়াগী বাণীনি
রাফমনি হিংসা অহিংসাগী
সত্য, প্রেম অমসুং করুণাগী।
অতুবু শয়ফম কদাইদনো—
মঙগা পুন্সীগা
খুৎকা থম্মোয়গা ?
হংজরি ঐহাক্না কুনগুবা শতাব্দীগী
লোইরমদাইগী মতম অসিদা।
লাক্লি খোঞ্জেল অমসু হম্না হম্না
"মপান্দা য়েংগনু, মুংদা থিয়ু
লৈবনি পাওখুম মুংদ থম্মোয়গী কাচিন্দা।"

মাঙদা চাইথরক্কি বকুল লৈরাংশিংগুম্না
মঙ, পুন্সী, হিংসা, অহিংসা
প্রজাতন্ত্র, লোকশক্তি স্বর্গ মালেম
খুঞ্জনজরি ঐহাক্না চাইরবা লৈরাংশিংসে
পরেং অমতং শেম্নবা।
অহুবু চিংনবা পোক্লে॥
ইম্ফাল
১৫।১।৮০

# ৱাহৈগী অর্থ

থওলকই ঐখোয়না ৱাহৈগী অর্থ লৈ
অনি থোক্লা লৈবা য়াই
লৈবস্তু য়াই অর্থ কয়া থোক্লা
অদুবু অর্থদি শোয়দনা লৈ
মিনা হকচাং তুংইনবগুম্মা।
অসিনা লৈরি মীওইবগী সাহিত্য কলা
বেদ, উপনিষদ অমসুং দর্শনগী মশক।
অদুবু কুনশুবা শতাব্দীগী লোইশিল্লমদাই অসিদা
ৱাহৈগী অর্থ মাঙশিল্লক্লি
অর্থ থোক্লিবরা হৌজিকপু
নীংতম্বগী, গণতন্ত্রগী অমসুং অহিংসাগী
নৌহৌনা অমুক হংনিংলি
নীংতম্বা হায়বসি করিনো কনাগীনো
কদাইবুনো গণতন্ত্র কৌরিবসে
করিবুনো প্রজাগী শক্তি হায়বসি?
শিজিন্নরি ৱাহৈ থরসিবুদি তোয়না
পৃথিবীগী কাচিন খুদিংদা
নোংপোক্তা নোংচুপতা খাদা ৱাংদা
থোরক্লি তত্তনা মীওইবগী মচিন্দগী
চেম্বরক্লি নায়েগ্রাগী ঈশিং চাইবীগুম্মা।
অদুবু মাঙগ্রে অর্থদি

অর্থ অনি অহুম থোকপা নত্তে
অর্থ য়াম্বস্নু নত্তে— ওইরবদি ফনবু ফৈ
তশেংনমক অর্থ মাঙখিবনি
অর্থ য়াওরক্ত্রবনি ; লৈত্রবনি ।
পুন্সি অসি শাগৎলিবনি রাহৈ খরা অসিনা
মঙলিবনি মঙ কয়া লোয়নাইদবা মীওইবনা
অত্নুবু মাঙত্রে রাহৈ খরা অসিগী অর্থদি
হৌজিক্কী হিংলিবা পুন্সীদা ॥

ইম্ফাল
১৫ । ১ । ৮০

# ৱাহৈ

ৱা ঙাঙহুনা হিংজবনি ঐহাক
খঙ্গরুই শিজগনি ৱা ঙাঙহুনা
ৱাহৈবু থোশাদে শিজিন্নে খুৎলাই ওইনা
থাংশাং ওইনা
থিজনবা অচুম্ববু।
অহুবু মমশিল্লকই অতিয়া পুম্বা
ৱাহৈগী নোংনা নোংথাং কুপই
খাকই লাউই ৱাহৈগী মথংদা ৱাহৈনা
অকিবা পোকই পুন্সীদা
ৱাহৈগী অকিবা শক্তম উবদা।
ওনশিল্লকই ৱাহৈনা ঐঙোন্দা মীৎচাননা
হায়রকই হায়খোদনা অমুক্তা—
মতৌ অসি উবদা ঐহাক
তুমিন লৈজে অহানবা ওইনা
পুন্সীদা
ৱাহৈগী শক্তি মাঙখিহুনা
মিৎ উইশিন্দুনা।

ইম্ফাল

২৩।২।৮১

# য়াওশংগী আবীর

ইমা নহাক্না মুংশিবীহুনা নচাবু
য়াওশংগী আবীর তৈবীরে
ইথা থাজদনা মীৎ মায় পুম্বসি
খঞ্জরুই ফংজরেদনা ইমাগী আশীর্ব্বাদ
মুংশি মীনোক বসন্তগী মতমসিদা
অসিনিদনা পুন্সী হায়ববু
থম্বাল লৈকাগুম্না শাক্তোকপা।
নখুৎ পায়রহুনা ঐহাক্না থামজৈ
ওক্লে তোকপিরো ঙসিগী দমক্তি।
অহুবু তোকপা লৈতে নখুৎতি
নচাগী মায়থোংদা নানবীবগী।
অহুবু করিনো ইমা তৌরিবসিদি
নচানা তপ্পা নান্দজরুবদা
হকচাং পুম্বসি
থেংনজরকই ঈখেংগী লোইনাইদ্রবা মশক
ইমাগী য়াওশংগী আবীর
ইমাগী হকচাংদগী চেম্থরকপা॥

ইম্ফাল
২৩।২।৮১

## ঋাহং অমতং

লমলানবনি ঐহাক
চৎলিবনি তীর্থ যাত্রা
লৈকংলাগী পুন্সীসিদা
থুন্তা মৈরা পায়তুনা
চোকথরে হকচাং পুম্বা
পুন্সীগী লানফম অসিদা
মায়থিরে হায়বমক্তি নত্তে
অদুবু শান্তিদি মাঙখ্রে পুন্সীদগী
নুংপাক্কী ফক্লাং অসিদা
য়ৈশিঞ্জরি ইকোকসি হন্না হন্না।
অদুবু ইপা ইবুংঙো !
ঋাহং অসিমতং নহাক্না খুম্বীরবদি
ময়েক শেংনা মঙালগা লোয়ননা
নচানা হংজরিবসে পিরাংগা লোয়ননা
পূম্নমকসি নহাক্না ভৌহনবরা ?
হোয়দা হায়বীয়ু তশেংনা
পুন্সীগী মহৈ য়ানবা শকচন্নগে ॥

ইম্ফাল
২৩।২।৮১

# বাঁশী

মঙলানগী লল্লোনবা
পুন্সীদা নীংবা কায়রবা
তশেংনমক চোকথরবরা ?
মীৎ পাংথোকউ
য়েংউ জগৎ অসি
অমম্বনা কৃপাশিল্পিবা মঙাল অসি
নোকথোকউ অমুক্কং
থেকনা লাউনা।
খোংগৎলু বাঁশীসি হুন্দোকলিবা
লৈমায়দা—
চেম্থোরক্কনি গোপী ময়াম
থাঙবা ঙমদতুনা
নহাক্কী থম্মোয় মুংদগী
নোংথাংগী মশক ওইনা॥

ইম্ফাল
২৩।২।৮১

# খোঙ্খাং

ঈশৈ শকলি মুংশিনা
ফজৈদা ইমা মৈতৈ লৈমা
ঐহাকস্থু শকই তুংইন্না
ফজৈদা ইমা মৈতৈ লৈমা।
খরা লৈরগা লাউনরকই অমুক
কদোমদনো ইমা মণিপুর—
ঐহাকস্থু পাংশিল্লি অমুক
কদোমদনো ইমা মণিপুর।
কাংবু অমনা লাউরকই
অনৌবা সমাজ শেমলসি।
ঐহাকস্থু তুং ইঞ্জে ইচং থৌনা
অনৌবা সমাজ শেমলসি।
লাওই কাংবু অমনা অমুক
ইমা লৈবাক শংখঙসি
ঐহাকস্থু লাউজৈ শোঙ্খাংননা
ইমা লৈবাক শকখঙসি॥

ইম্ফাল

২৩।২।৮১

# ৱা অমতংদি হায়নীংবনি

শজিবুগী কল্লবা নুংশিৎ মরকসিদা
কোনশিঞ্জরদুনা নহাকপু চেৎনা
নাপ চিক্লা
ৱা অমতংদি হায়নিংবনি।
বসন্তগী লৈরাংশিংনা শাৎলকপদা
খুনগৎলদুনা লৈনা অমতং
থেৎচরদুনা নহাক্কী শাইনোন্দা
ৱা অমতংদি হায়নিংবনি।
নোংজুগী নোংথাং মরক্তা
অমম্বদা চেৎনা কোঞ্জরদুনা
পুন্সীগী অরোইবা ওইনা
ৱা অমতংদি হায়নিংবনি।
ঐবু শক থঙবীদ্রবা মালেমদা
তেংথাজদুনা অমুক্তং
অরোইবা পুন্সীগী খোম্থাংদা
ৱা অমতংদি হায়নিংবনি॥

ইম্ফাল
২৩।২।৮১

# ইমাগী মন্দির

ইরৈবাক মচাশা!
নখোয়না থিরি শোজৈদু
ইমাগী মন্দিরগী থোঙগী
চীংদা তমদা
মুংশিত্তা মালংদা
মীৎতগী পি শিন্থনা
নশাদু ঈহং নাইহং শানা।
অদুবু করম্মদি হাংগনি—
শোজৈদি লৈরি মন্দিরগী মমুংদা
করম্নবু হাংগনি
শোজৈ য়াওদনা মন্দিরগী থোংবু।
থোঙ কাওখায়বসু অরায়বা নত্তে
মরোল কয়া লোনখ্রবনি
যুগ কয়াগী শোজৈনা
ইমাগী মন্দিরগী থোঙ॥

ইম্ফাল
২৩।২।৮১

# ইমাগী মশক

সভ্যতাগী ঈচিক হুল্লকপদা
ভাঙ্ত্রানবা মুমিৎকী মশেকলক্তা
হংজখি রাহং অসি নচাশিংনা
ইমা লমদম মুংশিবী
ইমা লৈবাক মৈত্রবাক
নহাকপু কনানো ?
ফংখিদে পাওখুম ॥
তরানিপালশুবা শতাব্দীগী ময়ায় চল্লকপদা
থেঙলবা অহিংদা রাস মণ্ডলদা
শুমহৎপা মুরলী বাঁশীগী সুরদা
ঈংনা চীরা হংজখি
নচা অথোইবা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা
সনা লৈবাক মণিপুর
নহাকপু কনানো ?
ফংখিদে পাওখুম ॥
কুনশুবা শতাব্দীগী লোইশিল্লকপা অসিদা
চরাংনরবা তথল্লবা মৈখুরকসিদা
হিংসা অহিংসাগী মৈরীলক্তা
নচা লিশিং কয়াগী তপথদ্রবা খোল্লাউনা
চরাম্নরবা নোংশাগী লাল্লাওদা
ঈহং নাইহং শারবা হকচাংনা

শান্তিগী লম্বী মাঙখিদুনা
কোঙ্গরদুনা নহাক্কী মল্লবা ফিজোনবু
মীৎতগী পি শিন্থরদুনা
হংলি রাহংসি তত্তুনা
মুংশিবী ইমা কংলৈপাক
নহাকপু কনানো ?
মোমোন নোকই ইনানা
ফংদ্রি পাওখুমদি ॥

ইম্ফাল
২৬। ৪। ৮১

## মুং পান

পানগী শরুক্তা পীরিবমখৈ নখোয়না
মায়থীবা, ওৎপা অমসুং চৈনা
চেৎশিল্লকই হেন্নতুম মুংগী
রাশক অমসুং থাজবা।
শাসন্নু ইহং নাইহং হকচাংসি
কেমখিসন্নু পঞ্চভূতগী শরুকসি
অত্নবু নোক্লি মুংদদি
অকিবা লৈতনা তুমিন্না।
অসিনা চৎথরিবা নখোয়গী প্রচার ময়াম
থীনা চৈবা, করেম্নবা অমসুং লণ্ডনবা
চণ্ডদে কৈদৌমুংদা মুংগী শরুক্তা।
অশেংবা রাফমদি অসিনি
তাও হে অপণ্ডবশা!
ঐখোয়না হিংলিবসি মুংদনি ইতোমতনি
লৈরিবনি ফুদোংলবা সনাগুম্না
অসিনা লোনশিল্লিবমখৈ মখোয়না থোংজাও
হাংদোরক্কনি অত্নম মণ্ডালগী মীহুৎথোং পোরোন
পুশিল্লিবমখৈ নখোয়না পানগী শরুক্তা
অমম্বগী মথংদা অমম্বা
মীংচৎ থীবগী উনগী চীংজাও মপৈশিং
হোনদোকথিগনি ঐখোয়না হিদা

মঙালগী ঈপাক্তা তাউহুনা
মসিমদি খঙলয়োই নখোয়না কৈদোউৈ
হিংলিবনি ঐখোয়দি
লুংগী ফজবদা অঙ্গংবদা লেঙদবদা
শাংলি থম্মোয়দা
থম্বাল চাংমনিপাল
পানগী শকফমগী রাংমদা ॥

ইম্ফাল
২৫।৮।৮১

## মাঙখ্রবা অঙাং

অঙাংদু কদায় চৎখ্রবগে
কোয়থি থিরি ঐহাক্লা।
লোইরে তৌরিবসি ফি শেত্তবা
নিংথৌসিনা—
লাউরি ময়ামদি নীংথিখ্রেদা
ফজখ্রেদা ওস্থোক্লস্তু কুপখ্রবা
লংলানিকো থেংনখ্রিদা সুক
নীংথিববু।
তারি নিংথৌগী নাকোংদা
কোয়চৎ চৎলদুনা নোক্কুনা।
অদুবু অঙাংদুতনদি হায়গনি শেংনা
অকিবা লৈতনা থৌনা ফনা
হে নিংথৌ!
নফি য়াওদ্রবদি কৈদোরে?

ইম্ফাল
২৫।৮।৮১

# থওদ্রে তৌরিসিবু

ইমম মমশিল্লক্লে লম্বীসিবু
লম্মাংমবা হায়বত্তুরা করিনো ?
উরক্লে পূম্নমকসি মশেন মরাংগুম্না
মীৎসিনা উরক্কত্তুনা মতৌরিবরা ?
অতুবু খোঙ্জেলসু তাদে উচেক রায়াগী
য়োরক্তে লৈনমসু লৈকোন্দগী
চৎপনি হায়রত্তুনদি হোৎনরি
বসন্ত ঋতুগী তাম্বাদা লৈরাং তম্না।
হে ঐহাক্কী মিৎ !
নহাক্না উম্নিবসি অচুম্বা ?
হে নাকোং !
তারিবা মখোলসিবু অওইবরা ?
মলয়াগী খোম্থোক্তবা ছন্দদা
বসন্তগী অভিসারদা চৎলিবা ঐহাক্না
থেংনারিবসি করিগীনো মৈখু মপৈ
অনংবা নোংগী মতৌগুম্না
চৎলিবনি ঐহাক্না লমদম য়ৌনবা
চাওখৎপগী হেন্না ফজবগী, নুংঙাইবগী
নীংতম্নবা শাথেক্তা।
অদুবু অসুক য়াম্না চঙশিল্লক্লবদা
লাম্থোক্লবদা পল কয়া পুন্সীগী

য়ৌগে হোৎনরিবা অমরাবতীগী লৈকোল্লা
তুংলোমদা অস্থুম অস্থুম
লৈহৌরবরা ?
থাংলিবমখৈ খোঙথাংসি মঙালগী লমদমদা
চঙশিল্লক্লবরা অস্থুম অস্থুম অমম্বগী লোক্লুংদা ?

ইম্ফাল
১৫।৮।৮১

## অচুম্বগী জয়

হে অচুম্বা! নহাক্না জয় ওইগনি হায়বসিবু
মমৈথংদা শোয়দনা
তশেংনমক অচুম্বরা ?
চিংনবা পোক্লে।
উরি য়েংখি য়েংখিবদদি
জয় ওইরি মীনম্বনা মাইকৈ মরিদা
হিংলি মুংডায় য়াইফবা কয়ানা
মীনম্বনা শাগৎলবা লাইশংদা
অহুগা কৎলি প্রার্থনা মীনম্বগী
মতম পূম্বদা অরানবগী।
মাঙলি পুন্সী কয়া কয়া শেংলবা
মীনমদ্রবা পাপ চঙদ্রবা
কেমলি লৈরাংগুম্না লৈখোক্তগী
অতৎপা লৈতনা পিরাংগুম্না শিম্বহুনা।
পুশল্লক্কনি নহাক্না শাস্ত্রগী পাউখুম
নহালমুক মপোক্কী লানখিবা কর্মফল
মহুস্থ কনানা খঙগনি হায়জিল্লম্বস্থ
ওহাক থরায় পেম্নবা ?
অহুবু অচুম্বদি লোত্তনা থাঙলি
চীংমুং মামুংদা শুরুংদা
লোৎলহুনা পূম্নমক্তগী থাপ্না।

লানজত্রবা পুন্সী কয়ানা মাঙগ্রবদা
লৈথোক্তগী কেনগ্রবা পোমশাৎনবা
লৈরাংগুম্না মতম চাদনা
শেগায়গ্রবদা থম্বালগী লৈনা কয়া
খোঙপাক্লা নৈহৎতুনা
লৈরিবগে মথংদা করি ?
অচীকপা, মূৎগ্রবা মৈরী
মথংদনা অমুক করি
অসিনা হংলি ঐহাক্লা
থাজরক্তহুনা নঙোন্দা হে অচুম্বা !
শোয়দনমক ওইরবরা
নহাক্কী জয় হায়বসিবু ?
ইম্ফাল
২৩।৮।৮১

# পুকনীংনদি হায়রি তপথখো

পুক্নীংনদি হায়রি তপথখো
অহুবু তৌরিবা ময়ামসি উবদা
করম্না তপথগদগে বাখলসে ?
মিৎ উইশিল্লু য়েংথোক্নু মীৎফমহু
ফমহুনা লৈয়ু ধ্যানগী মূর্তিদা
হায়রি ঐঙোন্দা তত্তুনা
অহুবু করম্নদি য়েংদবা ঙমগনি
মুংগী মঙালদা ফাওরক্লিবা
শকফমসে পাপকী অত্যাচারগী ?
বা ঙাঙগন্নু চিন মেল্লু
তুমিন লৈয়ু নাকোং মেল্লু
হায়রি তত্তুনা পুক্লিংনা
অহুবু করম্নদি তাদবা ঙমগনি
মুংগী চৈনাখোল কয়াসি
মায়থিরবগী খোল্লাউ ময়ামসি
নাকোংদা তোয়না ঙংলরিবা ?
হায়রি তোয়না পুক্লিংনা
মঙ মঙউ আশা তৌ
লাক্কনি অরংবা তুংগী শকফম।
অহুবু অমম্বনা অস্থুম অস্থুম কুপশিল্লক্লবা
মীপায়থীবী অচুম্বনা শমজি থায়হুনা চেল্লবদা

পাপকী মৈরীনা চাকখৎলক্লবদা
ফজবগী মূর্ত্তিনা কিন্থরক্লবদা
অস্থম অস্থম মতমগী য়ুহারাবদা
করম্না মঙগদগে মঙ
লৈগদগে তৌহুনা অরংবা আশা ?
তারকই নাকোংদা অতৎপা লৈতনা
পুন্সী হায়বসি মঙনি
মৈরিক অমতনি মৃৎথ্রগদবা
থিবা খঙদনা নির্বানগী শক্তমদা।
পুক্লিংনদি হায়রি তপথখো
অতুবু তৌরিবা ময়ামসি উবদা
করম্না তপথগদগে রাখলসে ?

ইম্ফাল
২৬।৮।৮১

# ষ্টেটহুড ফংবা নুমিৎকীদমক

ইরক্লি চহী কয়াসি
রাকম অমতং হন্না হন্না
মণিপুর ! নহাক্কীদমক
খন্দুনা লাক্লি ইরক্লি
চামরক হন্না নহাক্কী পুন্সীবু
চোকথদ্রবা হন্নাইদ্রবা স্নুর
অমতদা লেপ্তুনা ।
খঙলিবনি নহাকস্নু রাকমসি
নীংবা কায়বগী মুংশা থীবগী
লম্মাংনবগী তৌফম খঙদবগী
লেপ্পা ঙমদ্রি কলমসি
পোত্থাফম খঙদ্রবা
অচুম্বা অমস্তুং মংলানগী লানফম
ফোঙদোকপদা
নাকোং চামনা তাখিনবা।
অদুবু মণিপুর ?
নহাক্না ষ্টেটহুড ফংবা
নুমিৎ অসিমতংগীদমক্তদি
ঐহাক চপচানা লেপ্লে
ফোঙদোকে হায়দুনা থরদংদি
মুংঙাইবগী পাউজেল অমতং

শহীদশিংগী মিংশেল শোল্লহুনা
মরৈবাক নীংবা কয়াবু মিংশিল্লহুনা।
অসিনা য়েংথোকলুই রাজনীতিদা—
থেংনগদ্রা অচুম্বা খরদং
অত্থুবু কুপশিল্লকই অতিয়া পুম্না
হিংসাগী স্বার্থগী নাপলগী লৈচীল্লা
মাঙশিল্লকই অস্তম অস্তম
অচুম্বগী মঙাল।
য়েংথোকলুই অমুক অর্থনীতিদা
থোরকই মূর্ত্তি কয়া চরাম চতৎনরবা
তৌফম খঙদ্রবা পুন্সীগী অর্থ মাঙথ্রবা
লৈখা তারবা তোল্লবগী
মশক লিশিং লিশিং।
উইশিল্লি মীংথোন অসি
খল্লকই উরিবসিবু অচুম্বরা!
কলম পায়থৎলি
অত্থুবু চত্থবা য়াদে মখাদি।
মুংশা থৌজরক্লে ইতোমতা
ইবা য়ারোইদৌরিনা ঙসিদি
ফোঙদোকচবা মশেক অমত্তং
মুংঙাইবগী অপেনবগী।
খঙহৌদনা লাউরকই খোঞ্জেল অমনা
"হায় অপঙবা! করিগী থিরি
মুংঙাইবা শক্তম পায়্রি করিগী
অপেনবা পুন্সী?
য়েংউ ইতিহাসতা নমাংমক্তা
হৌথ্রবা যুগতা হৌজিক হৌজিকমক মালেমসিদা

কৎথোকলিবদো মাঙনাইদ্রবা হকচাংবু
শেগায়বিবদো করিস্থু লৈতবা
ফীজেৎকুম্না নোক্লা নোক্লা
ফংঙমদ্রবা পুন্সীগীদমক
মরৈবাক্কীদমক
মীওইবগী ইজৎকীদমক
ওনখিবদো উফুললক্লা
লৈরাং খুজোক মরক্তা
য়েংউ পুন্সীশিংহু নমিৎতু পেন্না।
অদুগা পায়থৎলু কলম
শকউ ঈশৈ লেপ্তুনা
নমিৎতগী পিরাং শিন্থনা
মোমোন মাইথোংগা লোয়ননা
জগোই শাউ নখুৎ থাংগৎলদুনা
নোকউ অতৎপা লৈতনা
মাঙনাইদ্রবা পুন্সশিংহুবু নীংশিংলদুনা
ঙসিগী ষ্টেটহুড ফংবা মুমিৎসিদা।"
অসিনা মণিপুর।
ইমা লমদম মুংশিবী ।
ফোঙদোক্লি ঙসিদি মুংঙাইবা পাউশি
ইথা থাজদনা
উপায় লৈজদ্রবা কলমসিনা।
ইম্ফাল
১৮।১।৮২

# চহী চামগী মতুংদা

ঐখোয়না কোশ্তরি অচুম্ববু
চেজেংনা মিং উইশিল্লহুনা
মসিনা মরোইরে হায়হুনা।
কখোক্লরি পুন্সী অচুম্বগীদমক
অরাবা থাঙলি হাংনরি
শুনরি লোইশিন্নরি পুন্সী কয়া
অচুম্বগীদমক।
অতুবু কমদোক্ট অমুক্তং খঙ্গবদি--
চহী চামগী মতুংদা
ওইখিগদ্রা অচুম্বসি অচুম্বা
হোংলকলোইদ্রা মহাক্কী শকক্তম
ঙৌরবা মায়থোংহুনা মহাক্কী
ওল্লকলোইদ্রা অমুক মশক ?
অতু ওইরবদি করি কান্নরি
পুন্সী কখোক্লবা অচুম্বগীদমক ?
ফনবু মুংঙাইবা রাথলনি
বসন্ত পঞ্চমী চঙলকপসিদা।

ইম্ফাল
২৮।২।৮২

# করি কান্নরিবগে শৈরেং ইবগী ?

খঙহৌদনা ৱাখল অমা লাকই
মী চীক্লবা অহিং অমদা—
করি কান্নরিবা শৈরেং ইবগী ?
কনানা পাগনি তাগনি কনানা
ভৌগদগে থওইনা কনানা
মতমগী কবি ওমবু ?
অর্থ মাঙথ্রে ৱাহৈগী—
শিনাখ্রে অচুম্বদু তৌশিন্নবনা
থবকপুস্ত ৱাহৈনা
চুম্নতগী ৱাহৈনা অর্থ য়াওদ্রবা ।
কবিতানি ৱাহৈতনা শাগৎপা
কিস্থখিনি ৱাহৈনা কিস্থখিবদা
তাখিবদা থৱানমিচাক মথীগুম্না
অহাংবা অতিয়াদা ।
শম্নদ্রবদা ৱাহৈগা অর্থগা
থাইনররবদা অনিগী লৈপুন
করিদি লৈহৌরি ৱাহৈদা মীওইবগী ?
পোক্লকই ৱাখল অসি তোয়না
কনানা কনাবুস্থ থেংনদ্রবা
মুংশিনবা মাঙথ্রবা যুগসিদা
হিংসাগী মৈশা মরকসিদা ?

অতুবু ৱাখলসিদি অৱানবনি
মাঙত্রি কবিতাগী অর্থদি
ফোঙদোকপনি য়াৱা পুন্সীসিগী
খুদমনি হিংলি হায়বগী
থাজবা ফোঙদোকপনি
মীওইবগী পুন্সীদা ।
মাঙফদে শৈরেংগী অর্থদি
থিংঙমদে কবিতাগী ঈচেলদি ।
অসিনা চেন্থরি ঈশিং চাইবীগুম্না
অরেপ্পা লৈতনা লোন্না
থম্মোই কয়াদগী
শোক্লুনবা থম্মোই কয়াবু
ফোঙদোক্লবা পুন্সী মশক
মাঙনাইদ্রবা স্নুৱদা
লেপ্পরোইদবা ছন্দদা মীওইবগী ।

ইম্ফাল
১৮ । ১ । ৮২

# তুমিন নৈবা

তুমিন নৈখি মীৎ উইশিন্দুনা
ভারতকী মুনি ঋষিশিংনা
ধ্যানগী শকফমদা
অত্থনা উখি অচুম্ববু
মঙালবু ।
ফোঙদোকখি বেদদা উপনিষদতা
পুন্সীগী অর্থবু লেপ্তুনা ।
হৌজিক্কী যুগতা নৈরি মীওইবনা
মীৎ উইশিন্দুনা
মায় নৈখোক্তুনা
তুমিন্না ।
অত্থনা লোৎলি অচুম্ববু
ফোংদোকলি অর্থ নৈতববু
উপায় নৈজত্রবা পুন্সীসিগী ।

ইম্ফাল
১৮ । ১ । ৮২

# পুন্সীগী অর্থ

খরনা থিরি পুন্সীগী অর্থ
মুংঙাইবদা ৱাৎত পাদবদা
শক্তিদা তৌবঙম্বদা
হিংবদা।
থিরি কাংবু অমনা পুন্সীগী অর্থ
কথোকপদা বলিদানদা
পুন্সীবু শান্ন পোৎকুম খনবদা
শিদোকপদা।
মকোক মনমতনি হিংবা
অমদি শিবা
অসিনা হিংলি অয়াম্বনা
অশিবগুম্না
শিরি কাংবু অমনা
চপচানা হিংনবগীদমক।
খঙগদগে কনানা অচুম্বসি
হিংলিবসিনা শিবরা
শিবসিনা হিংলিবরা?

ইম্ফাল
১৮।১।৮২

# লাইনিংথৌ সনামহী

থিজবি নহাকপু তত্তুনা
নচাশিংনা চমন্নুনা
লাইনিংথৌ সনামহী।
হাংদোক্কুনা ইতিহাসকী চেনা কয়া
ফাক্কোক্কুনা পুরাণ কয়া পুয়া কয়া
থঙজনবা নহাক্কী অশেংবা চেংলৌ শক্তম।
থেংনরি কাংবু অমনা বেদগী লাইনীংদা
শ্যেন মহ্যনি — গরুড়নি
মশা থপ্তুনা পাইরিবা
অহুবু হায়রি থরা অমনা অমুক
অশিবনি, শিবনি জগৎপু
শেমলিবা জগৎপু ঙাক্লিবা
শোল্লি থরনা অমুক—
কিরাটগী লাইনি হৌদোকমিন্নরকপনি
জাত অসিগী য়েলহৌঙৈগী ইতিহাসতা
লাৎচরি হৌজিক্কা
য়ুমথোং খুদিংদা মণিপুরগী তম্পাক্কী
খুরুমজরি চঙজরি
ইবুধৌ সনামহীদা নোল্লক্কা।
অচুম্বা ফংনবা হোৎনবদা অচুম্বগীদমক্তা
খৎনরি চৈনরি লাউনরি ময়ামসি
কিরাটকী লাইনি হিন্দুগী লাইনি

মৈতৈতগী ওইবা অথোইবা লাইনি
পুথোকচনবা লাক্লবদা নহাকপু
ফিরোল কয়ানা মায়খুমগ্রবা
যুগ কয়াগী লৈরোম্নুংদা চনগ্রবা
অমম্বা লোকম্নুংগী মূর্ত্তি নহাকপু।
অদুবু অসিমদি হায়জনীংই
লোম্না নাপচিক্লা—
ইতিহাসকী চেনা লারোনশিংদা
থেংনগদবদি লৈত্রে নহাকপু
পাউগী মথংদা পাউ খোমজিনবা
ফোঙদোক্লিবা অইবা লামায়শিংদা
থেংনগদবদি ওইদ্রে নহাকপু।
নহাক্তি লৈরিবনি মিংথৈ নাইদবা
মিংথৈগী মনুংদা ফাজিন্দুনা
শক্লাইদবনি নহাক্তি ইবুধৌ
শক্কী পোলাংদা ফাজিল্লিবা।
থেংনগনি নহাকপু শোয়দনা
নঙোন্দা চঙজরিবা নচাশিংনা
লাইশংদা নত্তে, মূর্ত্তিদা নত্তে
ব্রাহৈদস্থ নত্তে, মালেমদস্থ নত্তে
ধ্যানগী মীৎফমদা
থম্মোই লকান্নুংদা
মণ্ডাল ওইনা, মূর্ত্তি ওইনা
মশেক ওইনা, অচুম্বা ওইনা
নহাকপুদি ইবুধৌ সনামহী॥

ইম্ফাল
২২।৯।৮২

# নুপীমচা অমনা নোকপা

তশেংবদি ঐহাক আশা তৌদ্রবনি
ফনা য়াম্না পামজরবস্থ
অচুম্ববু ফজববু পুন্সীগী অর্থবু
ওল্লকইবা সমাজগী মওংসিদা
ৱাহৈগী অর্থ মাঙথ্রবা
নুংগা পানগা শম্নদ্রবা
থাংজিল্লিবনি হায়দুনা খোঙথাং
মঙালগী লমদমদা
চঙশিল্লকইবা অমম্বগী মায়কৈরোমদা।
থেংনরি য়েংখি য়েংখিবদা
অচীকপা নাইতোম লৈবা
মীয়াম্না শোৎরবা সহরগী লম্বীসিদা
আশাগী নীংবা কায়বগী অপাম্বগী মিহৌবগী
চমম্নরবা মৈখুৎরকসিদা
হিংনরি খুদিংমক
উপায় লৈতনা তুমিন্না।
লেপ্লে চপয়ুংনা ঐহাক
ইরমলগে খোর্জৈসিনা উপায় লৈত্রবা—
আশা লৈত্রবা মীওইবা
মঙাল মাঙখিগদৌরবা মালংপান
পায়খৎলি কলম তনিন্না
অরোইবা ৱাফম অসিগীদমক।

অদুবু থামই খুৎ অসিবু
উঙমদবা শক্তি অমনা
অদুগা য়েংথোকহল্লি ঐহাকপু
চিদায় অনদা লম্বাগী
নোকচবা শকফম মুপী মচা অমগী
শেংলবা চম্লৰা মীনোক।
ঙকচানহল্লি ঐহাকপু মীনোক্কুনা
পুন্সীগী খঙঙমদবা শক্লোনসিদা
থেংনজবা খঙহৌদনা মীকুপ অমতং
ফজবগী মঙাল অমতং॥

ইম্ফাল
২২।৯।৮২

# অচুম্বগীদমক

মীওইবনা লানতৌনরি, কাপ্পরি, হাৎনরি
অচুম্বগীদমক
অরাবা খাঙলি বলিদান তৌরি পুন্সীবু
অচুম্বগীদমক
নুংশিনরি কপ্পরি লাউনরি কায়নমৈচাক খাঙলি
অচুম্বগীদমক
থাদোক্লি কথোক্লি সন্যাসী ওইরি ভিক্ষারী
অচুম্বগীদমক
কোনশিনজরি পৃথিবীবু মায়াগী হকচাংবু
অচুম্বগীদমক
থাদোক্লি লংথোক্লি চেঙ্গরি থাপ্পা সংসারদগী
লোৎলি লৈনুংদা গুহাদা
চহী কয়া যুগ কয়া লোন্না তুমিন্না
অচুম্বগীদমক
হে ঐহাক্কী অমম্বা অচুম্বা
হে ঐহাক্কী মঙাল অচুম্বা
নহাক্কী শকফমবু করিনো?
ইম্ফাল
২২।৯।৮২

# কদোমদনো লম্বীসিবু ?

চঙশিল্লি ঐখোয়না থৌনা ফনা
শিবা কিদনা মাঙলোমদা
মঙালগী লান্মী ওইরতুনা
লাউখোংতুনা নিংঙাইবা লৈতনা
অতুবু তারিবা খোঞ্জেলসিদি করিনো ?
মীকপ মীরাওখোলসিবু
য়াচংবগী মতমসিদা ?
আশা তৌজরুই থেংনগনি অস্তুম অস্তুম
চঙশিল্লিবা খোঙথাং থুদিংদা
অচুম্বা ফজবা
অচম্বা মীনোক
অতুবু মমশিল্লকইবা অসিনা করিগীনো
অস্তুম অস্তুম
নিংথমথাগী লৈচীলগুম্বা
পুন্সীগী সন্ধ্যা য়োৌশিল্লকপসিদা ?
থাজরুই হে পৃথিবী !
অমৃতগী মচাশিংনি ঐখোয়দি
থেংনগনি শোয়দনা অমৃতগী পুন্সী
লোংলিবা লাইগী শকতম্বু ।
ব্রাফমবুদি করম্না লাল্লি হায়গনি
ঋষিশিংনা থেংনপ্রবা সাধনাদা ?
অতুবু চৎচরি লম্বীগী লমশাংসিদা

লৈশিল্লিবা কোনা খুদিংদা
থেংনরক্লি অস্থুম অস্থুম
মৈশাগী মথংদা মৈশা
থাঙওমদবা, নুংশিহৈতবা, তমথীবা
হে ঐহাক্কী পুন্সী !
নাইতোম তারবা, থওইবীদ্রবা, মমশিল্লবা।
অচুম্বরা লম্বীসিবু নত্রগা
লম্মাংনরবরা ?
চিংনবা পোক্লে।
কৌবরা পুন্সী অসিবু চৎলিবা
অমম্বগী মথংদা অমম্বা
চৎলিবরা তশেংনমক মঙালগী মায়কৈদা ?
নত্রগা লৈরিবরা মঙাল
অমম্বসিদগী হেন্না মম্বসিগী মন্নুংদা ?
করিগী কপত্রি যীশু খৃষ্ট
মঙালগী অথোইবা যাত্রীক
"ঈপা ইবুংঙো। ঐহাকপু নহাক্না
থাদোকপীরবরা ?"
খোঞ্জেলসি থাঙওমদবনি
থিনবনি থম্মোইদা তাশোন্না
অসিনা হংজরি হে পৃথিবী !
খোঙচৎলা অমম্বগী পুন্সীসিবু
মঙালবুদি থিজবা
অত্থুবু ফংবদি লৈতবা
ফরিবরা অস্থুম অস্থুম মাঙদা চঙশিনবনা
নত্রগা হন্দোক্লসিরা তুংদা অস্থুম অস্থুম ?

ইম্ফাল
২২।৯।৮২

# মৈনুংদা চোংশিনগদ্রো নত্রগা চোংশিল্লোইদ্রো

অরুবা সমস্যানি ঐহাক্না খেংনরিবসি
লেপ্পা ঙমদ্রি হৌজিক ফাওবা
কোয়চং চংলি কণ্ডাওননা লম্বীদা
ফংননবা রাহং অসিমতংগী পাউখুম
রাহংবুদি ইচম চম্বনি--
চাক্লিবা মৈগী কুণ্ডসিদা মরৈ লখা তম্লিবা
চোংশিনবা তাবরা ঐহাকপু
নত্রগা থাপতোক্না লেপ্পা তাবরা ?
মৈফমসিদি নত্তে তশেংবা যজ্ঞগী কুণ্ড
হোম পীরিবা মুণি ঋষিশিংগী
কংথোকলিবা লৈজবা পুস্বা
হকচাংগী পুক্নীংগী থরায়গী
অমৃতগী খুবম ফংননবা।
চাক্লিবা মৈরীসিদি যজ্ঞগী মশক নত্তে
মৈরীনি পাপকী স্বার্থগী, হিংসাগী অন্যায়গী
পুন্সীগী লানফমগী মৈচাক্লি
মশানা মশাবু কনজনবা
নত্রগা মাঙহনজনবা।
হিংননবা নত্রগা শিননবা
(হিংবা শিবগী চপচাবা অর্থ ঐ খঙদ্রি)

কৈদৌবা তাই হৌজিক ঐহাকপু ?
ইনশিল্লি শক্তি অমনদি চোংশিল্লু
য়াও মীয়ামগী পুন্সীদা
নুংঙাইথোকউ পুন্সীগী মীকুপশিংদু
নত্রগা খাঙউ পুন্সীগী চৈনাখোলদু
অদুবু ফাওদবদি য়াদে
অদুগা ঙমজরবদি
মুথংলু চাক্লিবা মৈরীদু— পাপকী মীনম্বগী
শেমউ অনৌবা জগৎ অমা
শান্তিগী, মঙালগী, অমৃতগী লমদম অমা।
অদুবু খোঞ্জেল অমদি তারি—
চঙশিনগমু খোঙকাপ অমত্তং
নশাবু কনজগে হায়বদি
নশাবু খঙজগে হায়রবদি
ওইথোক্তবনি চোংথোরকপা অমুক হন্না
মঙালগী মায়কৈদা অচুম্বগী লমদমদা
অাসনা লেপউ থাপ্পা
নমিৎ উইশিল্লু চেজেৎনা
থেংনগনি মঙাল থেংনগনি অচুম্বা
নহাক্কী থম্মোইগী লকান্নুংদা।
অসিনা ঐহাকসু তৌফম খঙদ্রে—
করিগুম্বা চোংশিল্লুরবদি মৈফমসিদা
জগৎকী মঙ্গলগীদমক শান্তিগীদমক
অদুগা থোরক্রবদি সীতাগুম্না
ফুদোংলবা সনাগুম্না শেংনা
মৈ ওনথ্রবদি পুন্সিগী ফজবা থরসি।
চোংশিনদ্রে অমুক করম্নসু খাঙগনি

করম্নস্থ য়েংহুনা লৈগনি— শিন্থরিবা মীৎকী পিরাংসে
মীওই লথা কয়াগী
চুমদবগী, মীনম্বগী, হিংসাগী, ওৎনৈবগী
চাকথেক্লিবসি মৈরি থোক্লা জগৎপু।
করম্না খঙগদগে পুন্সীবু—
নকশিনগদ্রা নত্রগা থাপতোককদ্রা
নকপা থাপ্পনা করিনো?
নকশিম্নবা হোৎনবনা অস্থম অস্থম থাপতোকখিবরা
নত্রগা থাপ্পবা হোৎনবসিনা
নকশিল্লিবরা অস্থম অস্থম
মাঙখ্রে ৱাহৈগী অর্থ।
অমৃতগী পাউজেল শন্দোকপিরিবা
মাঙনাইদবগী মুৎনাইদবগী
হে ঋষি মুনিশা!
তাকপীয়ু কৈদোগে ঐঙোন্দা অসিমতংদি শেংনা
চোংশিনগদ্রা চাক্লিবা মৈন্নুংসিদা
নত্রগা হন্দোকদ্রা তুংলোমদা থাপ্পা
ফংননবা অচুম্ববু
মঙালবু
অমৃতবু?

ইম্ফাল
৫।৬।৮৩

# নবদ্বীপ ধাম

নুংশিরবা লমদমনি নবদ্বীপ ধাম
তীর্থ স্থাননি মমিং চৎলবা
ভাগীরথী গঙ্গানা শাইগোল্লিবা
দ্বীপ মাপননা শাগৎখিবা
ঙাল্লিবা ভক্তগী থম্মোয়দা—
নুমিৎকী মঙালগুম্না নত্তে কল্লবা
ঈংলবা পুর্ণিমাগী থাজগী মঙালদা।
রাখলগী পোৎলুম্না নল্লবা
পুক্নীংসে কাহৎলবা তর্কগী মৈরীদা
খঙহৌদনা ফাওরকই হকচাং কয়াৎশিংদা
শিংলিগী ঈচেন্দা রাখলদা
ভক্তিগী ঈহৌ অমা।
থোরকই নোংঙাল্লমদাইদা অয়ুক্তা নুংথিলদা
নগর কীর্ত্তন ভক্ত চা কয়াগী
হরিনাম মহা মন্ত্র শোল্লহুনা লাউরহুনা
অঙকপা সংকীর্ত্তনগী যজ্ঞদা।
পাগে পায়খৎপা লাইরিক থাদৈ
খবরগী পাউজেল রাজনীতিগী ঈরাং
তথক্লকই থম্মোইসি তপথবা ঙমদে
থৌরাংজরকই দর্শন
নবদ্বীপচন্দ্রগী অনপ্রভূগী গোবিন্দজীগী

থনজরুই অস্তুম— অসিরা
ভক্তিগী ঈহৌ হায়বত্থু থেংনরিবা লাইরিক্তা ?
চৎলি খুদৈ অমা পুজত্থুনা গঙ্গা মপান্দা
অয়ুক্তা খুঙ্গংগী চিদায়দা য়ৌনবা
গৌরাঙ্গ সেতূগী ঘাটতা—
অত্থুনা কখোকচৈ মায় নোংপোক গুল্লত্থুনা
গঙ্গা স্নান ফংজরত্থুনা
হৌগ্রবা মল্লবা পীক্লবা মোৎলবা রাখল
পুকচেল তপ্লবী ঈংলবী গঙ্গাগী ঈচেন্দা ?
হৈজদে তর্পন কৎচবা মরীকচুম্না
খঙজদ্রি করিনো হরিনাম মহামন্ত্র
অত্থুবু ফাওই অসিমতংদি—
অতৎপা লৈতনা অরেপ্পা নাইদনা
হৈকোন্দগী লৈকোন্দগী লৌবুক্তগী পাৎতগী
মন্দির কয়াদগী সংকীর্ত্তনগী মখোনদগী
ভক্তশিংনা লুপচরিবা ঙাওজরিবা
ভক্তি হায়বত্থু রাধা কৃষ্ণগী॥

ইম্ফাল
২৫।১০।৮৩

## অহাঙবদগী

(ডাক্তর সুভাসচন্দ্র মালিকপু নীংশিংহনা ইবা)

লেপ্তবা ঈচেলনি পুন্সী হায়বসি
মরী মরী শম্নগ্রবা
হৌগ্রবা হৌজিক অমস্তুং ওইরক্কদবা
অনৌবা হায়বা অমুক লৈতে
লৈতে হৌজিক হায়বস্তু
চংশ্বরিবা ইতিহাসকী মীওইবগী সভ্যতাদা।
তুংদা ওইরকপা হায়বসি হৌগ্রবহুনি
হৌগ্রবনা হৌজিক লানশিনখিহনা
ওইরকপনি তুং হায়বহু।
অহুদি করি তৌবা তাই মীওইবনা
পুথোক্কে হায়রবদি কলাগী কব্যাগী হৌফম ?
লাম্হোক্লুনা অনীংবা অপাম্বা পামদবা
ঐগীতা ওইবা রাখল পূম্নমক্কী রাংমদা
থিবা তাই— শুপ্নতগী অওইবা
ইংরাজী রাহৈদা "টু বি"
হৌজিক হায়বহু অশেংবা
মতমগী পল্লোন রাংমদা।
লৈরে মরোল্ল তরেৎমক
নুংদা থম্মোয়দা
পুথোকপা তাই ঐথোয়না
বুদ্ধিগী শক্তিনা অমস্তুং বুদ্ধিগী রাংমদা।

হায়বদি ঙনদ্রি করিনো চপচানা
অসিগুম্বা থিবগী খোঙচৎ অসি।
কৌগদ্রা বৌদ্ধশিংগী আত্মা হায়বদু
নত্রগা বেদান্তগী আত্মা
থোরক্কদ্রা মুমিৎকী মঙালগুম্না
সনাগী মায়খুম হাংদোকপদা?
অসিমতংদি শোয়দ্রে—
অহাংবনি, তুমিন লৈবনি
করিসু লৈতবনি
শূন্যনি।
থোরক্কনি মসিদগী অনৌবা পুন্সী মঙাল
মীওইবগী অশেংবা খোঞ্জেল॥

ইম্ফাল
২৫।১০।৮৩

# শ্রীগৌরাঙ্গ

হংলি নখোয়নদি তত্তনা
লাউরি নাকোং— য়েশিনবমখৈ
গৌরচন্দ্রবু লাইয়া ?
বাঙ্গালী মচা অসিবু
মীতোপকী লাই পুশিল্লকপসিবু।
ঙক নোমই কাংবু অমনা—
থম্নবা য়াবা ব্রাফমনি।
অহুবু অসিমদি থম্নফম থোক্ত্রা—
মহাক্না থেংনবদগী পুন্সী কয়া ওনখ্রবা
হরিনাম মহামন্ত্রদা সংকীর্ত্তনগী মখোলদা
ঙাওজরিবা ভক্ত লিশিং কয়া কয়ানা
পণ্ডিত মীচম অহল নহা নিপা নুপী
মহাক্কী চরণ ধূ'লিতবু ফংজরবদি হায়দুনা
নবদ্বীপ ধামগী উফুললক্তা
ওনথোইনা কপচরিবা পুন্সী মহৈ
য়াল্লবনি হায়দুনা।
হৌজিক্না ভারত ব্রাংমা লানখিদুনা
পৃথিবী নোংপোক নোংচুপ শীন্থুংনা
শন্দোরক্লিবা হরে কৃষ্ণ হরে রাম
মসিবু কনানা ঙমগদগে
লাইগী শক্তি নত্তনা ?

অমুকস্থ য়েংসি মসিবু তৌশিন্নবরা
মহাক্কী গম্ভীরা লীলাদা
শান্নখিবা চহী তরানিথোই
অথম্নবা ভক্তগী মমাংদা—
রাধাভাবতা চঙখিহুনা
"ঙসিদি ইবুংঙোহু লেংলক্লগনি সখী"
হায়রদা হুমাং মরীক কাংনা
মশা থক থক নীক্লা জগোই শাবা
লৈমায়দা ওনবা থরো থরো
কৃষ্ণগা কায়নবা মৈচাক্লা।
অমুকস্থ কৃষ্ণ ওন্দুনা কৌবা—
রাধা রাধা হায়হুনা
হেল্লিবা রাধাগী প্রেমহু চুপচনিংহুনা
কৃষ্ণমক্লা ওনখিবা অনীংবা অহুম
পাঙথোক্লবা— কৃষ্ণ চৈতন্য।
মসিদবু করি চিংননীংঙাই লৈবগে
প্রভুসি অবতারনি, শায়োননি
রাধা কৃষ্ণগী, জগৎকী মপুনি
শন্দোক্লবা তাইবংদা
প্রেমগী মহামন্ত্র ?
ইম্ফাল
২৫।১০।৮৩

# কথোকউ

তীর্থ যাত্রীকনি ঐহাক্কি
কোয়জরিবা পুন্সীগী হিদেন তাফম অমদগী অমদা
থিজরিবনি পুন্সীগী অচুম্বা
পুন্সীগী অর্থ চহী চা কয়া লাম্লোক্লনা।
কোনশিজরি চেৎনা পুন্সীন্সিবু
ঐহাক্কীনি হায়দুনা থাদোকলোই হায়না
ঐগীতনি হায়দুনা অপাম্বা মিহোৎপদা।
অদুবু খোঞ্জেল অমদি তাম্রি
ময়ক মরক্তা নাপদা চীক্লা
তেন ত্যক্কেন ভূঞ্জীথা :—
কথোকউ অদুগা মুংঙাইমু।
অর্থ থোক্কবা বাফমনি অহানবদদি
চমম্নবা— চৎনবীগী বাংমদা লৈবা
খঙথিবা যোগী ঋষিশিংতনা
ধ্যানগী শকফমদা তপস্যাগী পাংগলনা।
তাখি ঐখোয়না খোঞ্জেল অমদি
আচার্য্য বিনোবা ভাবেগী
ভূদান যজ্ঞদা— সম্পত্তি দান, জীবন দান
লায়রবনা কপচথীবা লোৎবীদ্রে
হায়দুনা মহাক্কী কচ্চবা লম মচেৎ থরা।
অদুবু নবদ্বীপ ধামগী অনুপ্রভুগী মন্দিরগী

অকোয়বগী চেক মরোল খুদিংনা লাউরি—
কখোকউ— য়েংউ কৎলিবা ময়ামসি
ইনাকখুনবগী লায়রবগী অশোন অনাগী কলাকাবশিংগী
কখোকউ— হেন্না কখোকউ।
কৎখোকপা হায়বসি পুন্সীনি
অসিনা কৎখোকদবনি – হকচাংবু
পুক্লীংবু থম্মোয়বু পুন্সীগী লৈজবা পুম্ববু
আত্ম সমর্পণগী যজ্ঞদা
অদ্ভুতদা ফংগনি শান্তি
পোকপগী মুংঙাইবা।
তারি খোঙ্গেলসি মায়কৈ মরিদগী থক্তগী খাদগী
পুন্যভূমি ভক্তিগী ধাম অসিদা
চমন্নহল্লি ঐহাকপু মীকুপ অমত্তং –
হংজরকই বাহং অসিমত্তং হন্না হন্না
কথোকপা হায়বসি পুন্সীরা ?

ইম্ফাল

তাং ২৫।১০।৮৩



মণিপুরী সাহিত্যদা শীংথানরবা কবি, সাহিত্যিক অমসুং আলোচক শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহগী অনীশুবা শৈরেংগী লাইরিক অসিদা থরগা হেন্না মপুং ফানা কবি অসিগী চহী তরামুক অসিদা ওইরকইবা মীৎয়েংগী মশক অমা থেংনবীগনি। আধুনিক কবি ওইথক্তা নত্তনা অরি অনৌগী কন্নবা শাফুশিংনা য়েরকপদা অমসুং কবিনা পুন্সীগী মন্নুং হুনজিন্না চঙশিন্নবা হোৎনবনা অইবগী খুৎইদা হোংলকইবা মশক অত্থু "তীর্থ যাত্রা" হায়বা শৈরেংগী লাইরিক অসিদা অপাবনা থেংনবীগনি। তাবীগনি সুব মথল কয়া পুন্সীগী তীর্থ যাত্রিক অমগী মফমদগী— লোইবা নাইদবা, নাইররোইদৌবা—থম্মোই বীণাদগী। চৈশেনি লম্বী চংপগী, আশাগী, লম্মাংনবগী অমসুং পন্থুংফম যৌনীংবগী।

## অইবগী অতৈ লাইরিকশিং

অচাইবা লৈ ( ১৯৫৭ )

মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ ( ১৯৬৮ )

চৎলসিনে কদাইদনো ইবানী ( ১৯৭১ )

মতমগী ৱাবেং ( ১৯৭৫ )

Aspects of Indian Culture ( 1982 )